# মণিপুরগী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর

অইবা
শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

ফোঙবা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা রোড, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

# মণিপুরগী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর

( *Manipuri Shumang Lila and Theatre,* a treatise on the growth and development of Manipuri Shumang Lila and Theatre by A. Shyamsundar Singh )

অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৮০

কোপি :১০০০

মমল লুপা ৬·০০

# অফোঙবগী য়াৱোল

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহগী "মণিপুরী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর" হায়বা লাইরিক অসি হিরম অসিদা ইহান হানবা মণিপুরী লাইরিকনি। অঙনবা মতমদগী লৈজরক্লবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মশক অমা ওইবতা নত্তনা জাতি অসিগী মীয়ামগী পূনসিগা নক্লবা মরী লৈরবা হিরম অসিদা অসিগুম্বা লাইরিক অমা পুথোকপিরকপসি য়াম্না মরু ওই। হিরম অসিদা পামজবা, থরাই য়াওজবা অমসুং নুংশিজবা মীওইশিংগী মফমদা কান্নবা থরদং ওইবা য়াই থন্দুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা লাইরিক অসি ফোঙজবনি।

পাউনা রোড, ইম্ফাল — ডাঃ আই আর, বাবু সিংহ
আগষ্ট ১, ১৯৮০ — জেনেরেল সেক্রেটরী

# হায়জবা

"মণিপুরগী শুমাংলীলা অমসুং থিয়েটর" হায়বা অমা ইর্জরিবসি অহল-লম্মন লাইগুরুশিংদগী তাহৌবা মখোয়না ইবিরম্বা খরদং থেংনবা, হিংলিঙৈদা থেংনজহৌবনা হংজবা, অদুগা ইশানা খরদং খঙজবা নৈনজবদু থোমজিল্লগা ইজবনি। মসিদা অশোয়বা অৱাৎপা কয়া অমা য়াওরম্বা য়াই। মদু লৈবাক্কী অখণ্ড-অহৈ-শিংনা তাকপিরক্লুনা অচুম্বা শক্তম অমা তা-নবদা তেংবাং-বিরক্লবদি ওহৌক্লা নুংঙাইজগনি।

জাতি অমগী ওইনা লৈফম থোকপদু অদুক মমিংতা ওইরবসু লৈনবা লাক্লজবনি।

অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

# মণিপুরগী শুমাং লীলা

## শুমাং লীলা করম্না থোক্লকখি :

কুম্মৈ, তাইবং মীওইবগী পুন্সিদা নুঙাইবা য়াইবা পোংচৎ অমনি। মসি মকোংশা লাইরেম্বীগী থোংচওয় অঙুম্বক চোং-থোকচরকই। পান্দোং ফারক্লবা ফৌনাম মালংবগা হাই হুম্না শান্নবা, অয়েংবা কনাগুম্বদা কুম্মৈনি। নোংথক্কী অপাইবা নোংনা অরাংবা চিংদোনগা চিল্লোক্নরকপা, কনাগুম্বদা মিংকম হোং-নিংদবা কুম্মৈনি। লাইজ-ওংবী নৈরাং কয়ানা লাইজন্নুংদা মশাগী নীংথি শকতম থেক্না নৌনা য়েংজরকপনু, উক্লবা কনাগী হরাও মীনোক্না লোয়নবা কুম্মৈনি। শুমাং-তানা নুমিৎচুপ্পা চরা-নামতং ফংজনবা কন্না শৃজরিবা মীতুনা, মীমান্নহনবা ঙমদ্রবা মচা মপুশিংনা তেগোই বাচেৎনা মপুক্কিং তা-না শান্নজবতু উবদা মঙোন্দদি অরাপুম্বা কাউথোক-ঙব্বা কুম্মৈনি। অতুগা হেক মৈ-হৌরোন্দগী মশামকফাও খঙজদনা থম্মোইদগী ফুং-ফাওরকপা শাঙম-লানঙমদগী হরাও-তয়ামসু তাইবং মীগী কুম্মৈ। পোকপা শিবফাওবদা নোকপা-কপ্পগী কুম্মৈ তৌরিবা সংসারদা কুম্মৈগী অরাংপা নৈতে। মসিগী মথক্তা অমুক তাইবং মীওইবনা মথং-মথং অম্তুম চাওখৎলকপগা লোয়ননা খুৎশেম কুম্মৈ কয়া অমসু হাংপচিল্লকই। অম্নুয়া খুৎশেম-কুম্মৈগী মরক্তা শুমাং লীলাসু অমনি।

## শুমাং লীলা কারিবু কৌই ঃ

মণিপুরগী শুমাংলীলা হায়নরিবসি বনা কনাগুম্বনা যাত্রা নত্রগা যাত্রাওয়ালী হায়নস্থ কৌনৈ। মসি কদোমদগী কৌনখ্রিবনো হায়বসিগী মরমদা অখণ্ড-অহৈ কয়ানা 'যাত্রা' হায়বা ৱাহৈশিগী অর্থ পুথোক্লহনা য়েংনৈ, নৈনৈ। সংস্কৃত অমসুং বাংলালোন্দা অহুম শিজিন্নরবা 'যাত্রা' হায়বা ৱাহৈশিগী অর্থসি ফনা য়াম্মি। লাইগী ওইবা থোথোক্তস্থ অহুম শিজিন্নৈ। অহুগা অমনা শিন্নচিংবা মিৎকী কুম্মৈ ওইবা পোং য়াওদনা লীলা শান্নববুস্থ যাত্রা কৌই। মরম অসিদগী মণিপুরীশিংনা ধর্মগী তুংইন্না বাংলালোল চঙখোন্না নৈনরক্লবা মতমদা, হায়রিবা শিন্নচিংবা য়াওদনা শান্নবা শুমাংলীলাবু 'যাত্রা' কৌনখিবা ওইরমগনি হায়বদা অরানবা থোইনা ওইগনি নিঙদে।

শুমাং নত্রগা লমহাংগুম্বা অমদা মিৎথকপা পোংচঙ ইয়াও য়াওদনা ভাবোক্লা ইকোয়-কোয়শিল্লগা, আর্টিস্ট থরনা হৈ-শিংলবা রাঙাঙ-শাঙাঙগা লোয়ননা চুনরবা শাথেক-শাঙং উংতুনা, ময়ামদা রস কয়াগী নুংঙাইবা পীরিবা কুম্মৈদু শুমাংলীলা কৌই।

অহুম ওইনমক হায়রিবা মওংসিদা শান্নবা মণিপুরগী লীলা মথৌ মৈতৈনা শুমাং লীলা হায়না হেক কৌবা নত্তে। গৌরলীলা, যজ্ঞেবা, উদুখল অসিনচিংবশি, হায়রিবা মওং মতৌসিদা শান্নরবস্থ শুমাং লীলা কৌদে। মী থরনা অৱামলা লৌতুনা কোয়না চংলগা হায়খিবা মওংসিদা শান্নবা লীলাতবু শুমাং লীলা হায়না খঙনৈ।

হায়রিবা লীলা মখল অনিসিগী চয়েংনবা অ। লৈরিবসি উরতুনা, মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী ইং কুমজা ১৯৭৬ জানুয়ারী তাং ১৫ গী মণিপুরগী গভর্ণরনা প্রিসাইড তৌবা জেনেরেল কাউন্সিলগী মীফমদা, কুম অমগী ওইনা অহুক উংপা

ধর্ম্মগী অমদি ঈশ্বরগী ওইবা, মথক্তা পনখিবা অসুম্বা লীলা-শিং অসিবু যাত্রাগী মতুংগ নবা, অহংগা পোয়চং-চংতুনা শান্নবা লীলাবুন শুমাং লীলা কৌবা হায়না লেপখ্রে ।

## সমাজ অমসুং শুমাং লীলা ঃ

শুমাং লীলাগা ভাবোগা তংনথানবা য়াহবা মরী অমা লৈ। হায়বদি ভাবোক য়াওদবদি শুমাং লীলা ওইদ্রে। ভাবোক হায়রিবসি সমাজনি। মরম অসিদগী শুমাং লীলানা অফবব্ ওইরবসু ফত্তবব্ ওইরবসু কল্লবা ইথিন কয়া কয়া সমাজদা হেক হেক পী।

সমাজ হায়বসিমক্কি সংস্কৃতিগী মপান তাংতুনা লৌবনি। সংস্কৃতি হায়রিবসি মানসিক (বুদ্ধিবৃত্তি) অধ্যাত্মিক (হৃদয়বৃত্তি) অমগা ভৌতিক অহুম অসিদগী থোক্লকপনি। মসিনা মথৱাই ওইরগা জাতিগী সভ্যতা শেমগংলকপনি। অদুনা জাতি অমগী সংস্কৃতি য়েংলগা জাতি অদু করম্বা থাক্তা লৈবগে হায়বা ইরাই লায়না খঙবা ঙম্মি হায়নরিবসিনি। সংস্কৃতিবু ঐখোয়না ইংরেজী লোন্দা 'কলচর' হায়না ইনৈ। কলচর হায়রিবসিদা কলটিভেসনগী ভাব অমসু অহুম্মক লোয়নবনি। লৈহাও চেল্লবা পৃথিবীসিবু নিংথিজনা খোইদোক্লগা মহে-মরোং হুনবা, অতুগা মতুনা মপূম মরৈ ফারক্লগা মীওইবনা হুংভাইজবা, পেনজবা ফংবা অদুগুম, কলচরনা মপূম মরৈ ফারক্লগা জাতিগী, সমাজগী হুংভাইবা পেঞ্জবা ফংলিবনি। মীওইবগী ওসি ওইরিবা সভ্য-তাসি য়ৌনবা হোংনবদা চঙদবা য়াদ্রবা অমত্তা ভাইরবা লম্বীদি সংস্কৃতিনি। হায়বদি, চহি কয়া কয়াগী মমাংদগী মথং মথং তুঙশিন্দুনা থরক্লবা সংস্কৃতিগী ফলদি ওসিগী সভ্যতাসিনি। শন্না হায়রবদা, সভ্যতানা পন্থুংনি, সংস্কৃতিনা পন্থুং অদু য়ৌনবগী অমত্তা ভাইরবা পাম্বৈনি।

সংস্কৃতি হায়বসিবু লেঙবা নাইদবা উতুপকুম, নৃঙহুমগুম থক লৌবা য়াদে। মতম মতমগী মতুংইন্না ভনৌবা অওনবা কয়া লাকই। সংস্কৃতিদি মরা য়াম্না তাংবা উপাম্বীগুম্বনি। মরা থুদিংমক্তা হারগী ইনোৎ কয়া হাপ্পা তাবনি। চুনবা মখলগী হারনা পাম্বীদা হেন্না হেন্না মহৈ-মরোং পালহনবগুম, সংস্কৃতিগী মখল-মথেলগী মরাশিং অসিদসু মাগী মাগী চুনবা হার হাপ্পা তাবনি। মহুতদা পাম্বীহু মপূম মরৈ নিংথিনা কাহ্নুনা, মশা-মরেং মহৈগা কোন্ননা জগৎ পুন্নমক্কী মিৎথরক্ফম ওইরকই। হার নিংথিনা ফহন্দ্রগনা অথুংথক কংশিল্লঙুনা শিরুম-নারুম তৌরকই, মমৈ মমৈথংদা তাইব দগী মুংখি।

হায়রিবা সংস্কৃতিবু হিংহল্লিবা, মীগী মিৎথরক্ফম ওইহল-লক্লিবা মরাশিং অসিগী মরক্তা শুমাং লীলাসু মরা অমনি। সমাজ অমগী সংস্কৃতিদা শুমাং লীলাগী দায়িত্ব য়াম্না চাউই। জাতি অমগী য়েহ্লৌঙদগী চৎলক্রবা সংস্কৃতিহু শেন্না মশুঙ ফাবা, ফজনবগী শক্তম অমা তাহল্লক্রবা, শেংদোক-শেংজিন তৌবা অমা তঙাই ফদনা চঙলকই। অহুনা সংস্কৃতিদা সংস্কারগী চাউরবা থৌদাং অমা লৈরিবনি। অসিগুম্বা সংস্কারগী মতাংদনি, শুমাং লীলাগী চাউরবা দায়িত্ব লৈ হায়রিবসি। মহাক্কী লমজিংহুনা চুম্নবদি সমাজ অমা জাতি অমা ইন্নাই-লায়না চাউখৎপা ঙম্মি, চুমদ্রগনা তাইবং মিৎলমদগী অহুম মাঙহনখিবা ঙম্মি।

## সংস্কৃতি সভ্যতাগা শুমাং লীলাগা লৈনবা মরী:

সংস্কৃতিদগী থোক্লকপা 'সভ্যতা' হায়রিবা বাহৈসিমক চনৈনবা অর্থ কয়া চেন্দবা নত্তে। মেটরিয়েল ৱার্ল্ডদা থাজ-রবা নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংদদি বিজ্ঞানগী অয়োবী থাক য়েৎববু সভ্যতানি হায়না লৌনৈ। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা ভারত-

বাসীশিংনদি পুক্লিং অমসুং আত্মাগী মপুংফাবা অপেনবা ফংনবহুবু সভ্যতানি লৌনৈ। সংস্কৃতি হায়বসি পুক্লিংগী অমসুং আত্মাগী অপেনবা ফংনবগী পাম্বৈহনি হায়না হিন্দু ফিলোসোফিদা থাজবশিংগী মতনি। অদুনা জাতি অমগ জাতি অমগা ৱাখল খেন্নবা, পুন্সিগী ফিলোজোফি খেন্নবগী মতুংইন্না সংস্কৃতিসু অতুম খেন্নৈ। হিন্দুগা মুসলমানগা ৱাখল মান্নদবা ফিলোসোফি তিন্নদবগী ফলনা সংস্কৃতিদসু অতুম খেন্ননা উই। ভৌগলিক অবস্থানা ভারতকী অতৈ লমদগী তোঙানবগুম লৈরবা, চীংলোন মাপলনা হুকোয় কোয়শিল্লবা মণিপুরগী ইতোপ-তোপ্পা সংস্কৃতি অমা লৈ হায়বসি শোয়দবনি অদুগা লৈমু-লৈরিবমক্লি। মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা সংস্কৃতি অমা লৈজরবা জাতিহুদি য়ুম্ফম য়াওদ্রগা য়ুনগা পাংখক্লি। মায়কৈসোমদা য়েংলুরবদি মণিপুরী জাতিদি তশেংনমক লাইবক ফরবনি। অসুম্না মশাগী সংস্কৃতি অমা লৈজবনা মশীং য়ামজদ্রবা মণিপুরীশিংনা ঙসি পৃথিবীগী জাতি পুম্বগী ইকায় খুম্নবা ফংলিবনি। অসিগুম্ব সংস্কৃতি অসি মাঙহন্দনা, হেন্না নিংথিবা মওংদা পুখৎনব হেৎননা হায়বসি মায়কৈ খুদিংমক্তা অকনবা শাফুগা শোয়ননা হোৎনফম থোকই।

মথক্তা পনথ্রে, শুমাং লীলা হায়বসি আর্টিস্ট কয়ামুক পূল্লগা তৌবা কুম্মৈনি। আর্টিষ্টকী মরমদা পৃথিবী ফাওরবা 'মোনালিসা', 'দি লাস্ট সপর' অসিনচিংবা য়েক্রশ্না লিওনার্দো দা ভিঞ্চিনা ফজরবা ৱাফম অমা হায়রম্মি—"Every good artist has two subjects ; Man, and the hopes of his soul,"। সাহিত্য অমসুং শিল্পদা তত্তনা নৈনরক্লিবসি মীবুনি। মীগী মশা অমসুং পুক্লিং মীগী রাইহৈ-ৱাতা অমসুং থবক। অদুবু মীওইবা হায়বসিগী ঙক্লবা পোৎশক অমা লৈ। মহাকসি, মহাক্না লৈরিবা হিংলিবা অদুৱাইততা থক পেল্লক্তে, মহাক হেক হেক শুমাং চাউশিন্নিংঙকই, মপূম মরৈ ফাবা হেক-হেক তাননিংঙকই'। মাগী অশুম্বা পেন্দবা ইথৌ-লাংবা অসিনা মথল মথেল কয়াগী মীওই, থোদোক হকথেংনরকই। মহুদগী তারকপনা মাগী ৱাখল সংস্কার, মত, আদর্শ কয়া নৌহোনা লাকপসু

য়াওই, মাঙখিবসু য়াওই। অসিগুম্বা সমাজগী মীওইশিং অসিগী হোংদোক হোংজিন তৌবা ফিভম কয়াসি সাহিত্যদা য়েন্নকই। মতুনা মীওইবগী জ্ঞান ফংননবগী মচাক ওইরকই। অদুবু হায়রিবা জ্ঞান-সিদি চুম্না উৎ তারুবদগী ফংলকপা নত্তে ; নিংথিনা পারগা, খম্বুরা ওম্বা রাখলগী শক্তি শিজিন্নরগা ফংলকপনি। মীওইবনা রাখল থনবা ওবগী শক্তি খেন্নবগী মতুংইন্না সাহিত্যদগী ফংলকপা জ্ঞানসু মী অমগা অমগা অদুম খেন্নে। শম্না হায়রবদা, সাহিত্যদগী ফংবা সংস্কৃতিগী মওালদি, লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈরবা মীওই খরতগী লাইরিক্তা থোকই। লাইরিক হায়বসিদি পারিবা মীহু মথন্তা মুংঙাইজবনি, জ্ঞান ফংজবনি, মতুমসু মাগী থম্মোইমুংদতা কল্পনাগী মিৎয়েংদগী। অদুগা লীলা হায়বসিদন হকচাংগী ইন্দ্রি কয়া য়াওনা হায়বদি মিৎ, নাকোং, থম্মোই য়াওনা মুংঙাইবা পীদুনা জ্ঞান তাহনবনি। অম্মুন্না ইন্দ্রি কয়ামুক্তা লোয়ননা মুংঙাইবা ফংবসিনা মীওইবনা লীলাবু অম্মুক য়াম্না পাম্নবনি।

## শুমাং লীলানা কান্নবা ঃ

জ্ঞান হায়বসিনি মীওইবগী খাইদগী মরু ওইবা মরল। মসিবু ফংনবা মীওইবনা লাইরিক তম্নৈ, নৈনৈ, অখণ্ড-অহৈশিংগী মনাক্তা ফম্নৈ। অদুবু হায়রিবসি মীওই অয়াম্বগী লাইবক্তদি থোক্তে। হিং-ননবগী লানফমদা সমাজগী অয়াম্বা মী, লাইরিক তম্মুবা ঙমদে, অখণ্ড-অহৈশিংগী মনাক্তা ফমুবা শংদে। অদুনা লাইরিক হৈ হৈতবা থিদনা মীপূম খুদিংমক হিরম কয়া কয়াদা য়াম্না মুংঙাইহনবগা লোয়ননা মিৎ মায় পাঙনবা, জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনবগী খাইদগী ফবা উপায়দি লীলাতনি। লীলা মখল-মথেল লৈরিবশিংসিগী মরক্তসু শুমাং লীলানা খাইদগী জুগোৎ চাবা অরায়বা পাম্বৈনি। মরমদি শুমাং লীলা হায়বসিদি শুমাং নত্রগা লমহাং অমদা পোৎচং থোইনা পংঙাও য়াহন্দনা, চৌকি অমা অনিদং পুথোক্লগনু অহমক মপুঙ ফানা ফজনা শান্নবা য়াই।

কনাগুম্বনা হায়বা য়াই, অহৈবা অফবা মীনা লৈকচর তৌরগনু মীওইববু মায়-মিৎ পাওহনবা অমদি মতমগী ওইবা জ্ঞান কয়া তাহনবা ঙম্মি। চুম্মি। অহুবু মহুদা হায়নিংবদি লৈকচর অহুনা মীওইবগী বুদ্ধিবৃত্তি অহুগা হৃদয়বৃত্তিবুদি মকা লামহনবা য়াইদি হায়ববু, থম্মোই-খোল্লা নুংঙাইহনবগী শরুক্তি পোকহনবা ঙমদে। লীলাদদি মানসিক আধ্যাত্মিক য়াকায়হনবগা লোয়ননা ইন্দ্রি কয়া য়াওনা পুক্নিং-তানা নুংঙাইবগী শরুকনুং পী। অহুননি লকচরদগী লীলানা পাঙল কনবা হেল্লিবা। হায়রিবা রাফম অসিননি লাইরিক তফম শঙদগী ফাওবা মমুৎ তানা জ্ঞান তাহনবদি লীলানহুম হেল্লি হায়না হায়নবা য়াও-রিবসি। মসি হৌজিক চাওথৎলে হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগী ইতি-হাসনা শাক্ষী অহুম ওইরিবনি। থুদম ওইনা অমথক্কুং পল্লবদা—রুশিয়াগী জারনা ওৎ-নৈবদা কুইনা পঙথহুনা, মখোয়গী লেঙত্রবা সংস্কৃতিগুম লৈরুরবা, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম কয়াবু হুদোক্কুনা মীয়াম প্রজাগী পুক্নিং য়াকায়হনখিবা অতৈনা নত্তে, লীলাতননি। মৈতৈ শুমাং লীলাগী থোঙচৎকুম মরৈবাক নীঙবা মচা কয়ানা সহর সহর থুংনুং শুংনংদা সংগ্রামগী মওং ওইবা লীলা কয়া উৎপদগী মীয়াম পুম্নমক্কী মায় মিৎ পাঙহনখিবনি, লিংজেল মান্নহনখিবনি। অহুনা ঙসি মখোয়না অমুক রাংথ্রবা থাক য়োনবা ঙমখ্রিবনি।

## মণিপুরগী শুমাং লীলা হৌরকপা:

মণিপুরী সমাজনা শুমাং লীলা হায়বসিবু অঙকপা ফংনা পাম্মৈ হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মসিগী মরম হায়ববু সমাজনা নিঙলিবা রাফম, পামজবা থৌওং হৌজিক হৌজিকমক ওইরিবা সমাজগী ফিভম, ইশা ইশাগী ওইবা রাফম, ইপা-ইপুগী মিংচৎ কয়া কয়া শুমাং লীলাদা উৎলকই। অহুগা মহু নুংঙাইহনবগা লোয়ননা খঙহন্নবনু লাক্লরকই। সংস্কৃতিগী মমি নিংথিনা তাই, সংস্কার তৌহন্নিংবা ফত্তবা অকায়বা কয়ামু ময়েক লানা উৎলকই। নীংথিরবা আর্ট-একটিং ডাইলোগনা মীগী থম্মোইদা তীং তীং পালহন্দুনা নোকহল্লি, কপহল্লি, খল্লহল্লি।

অসুম্বা মৈতৈ শুমাং লীলানা চহি কয়া অসিগী মনুংদা ওক্লিবা শক্তম অসি মতাং অহুম থোক্না খায়বা য়াই। অহানবা মতাংনা বৃটিশ সরকারগা মণিপুরগা নিংতম্বগী অরোইবা লানফম থেংনবা ফাওবা অমা, অনিশুবনা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও ফাওবা অমা, লাঙ্গাও মতুংদগী হৌজিক ফাওবা চথরিবা অসিনি।

মৈতৈগী শুমাং লীলা অসি করম্বা মতমদগী করম তৌনা হৌরকপনো হায়বসি, মণিপুরগী লাইবক থিবদগী অইবা লাইরিক নিংথিনা লৈরমত্রবনা, অহল-লম্মন, লাই গুরুশিংদগী চীথাং ওইনা অসুম লাকপগু থিজিল্লুবদা মণিপুরদা দুর্গাপুজা হৌদোরকপগী মতাং অহুবাইদগী ওইনা থেংনৈ। দুর্গাপুজা মথল অনি থেক্না লৈ—বাসন্তী পুজা, শারদীয় পুজা। বাসন্তী পুজাদি মৈতৈশিংনা চহি চা কয়াগী মমাংদগী অহুম তৌরকপা মওং অমা ওইনা লৈ। অহুগা শারদীয় পুজাদি ১৮শুবা শতাব্দীদা মৈদিঙু পামহৈবগী স্নাগক্তক্তা রামানন্দ ধর্ম্মনা মণিপুরদা চঙলকপা মতম অহুদগীনি। মতম অদুদা তৌবা পুজাদি চুম্নী ঘটস্থাপনতমক তৌরগা ইচম-চম্না তৌরম্মি। মতুংদা ১৯শুবা শতাব্দীদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্নাগক্তক্তা ময়াম্বা নোংমাইজিং বৈষ্ণবী হায়না খঙনবী ভৈরবী, কালিনিঙবী অহু ফাওরক্লবদা, মহাক অসি মহারাজগা য়ান্না চান্নবা মীশক অমা ওইনা, মাগী ইথিন্দগী দুর্গাদেবীগী মূর্ত্তি লিংখত্তুনা য়ান্না চাউনা ধুম্‌ধামগা লোয়ননা দুর্গাপুজা তৌবা হৌখি। পুজাগী দুমিৎ তরানি, হায়বদি, চাউরেন হৌবদগী বিজয়াদশমী ফাওবা মৈতৈগী নিপা পালা, দুলী পানানচিংবনা লাইমাংদা থৌগল তৌহনখি। অদুগীমু মপক্তা মণিপুরগী খাগি হৈবা মীশকশিং কৌথত্তুনা ফাগিগী ওইবা লীলা কয়া লাইমাংদা শান্নহনখি। অসুম্না ফাগিগী লীলা শান্নখিবা অসিনা, মৈতৈ শুমাং লীলা শান্নরকপগী অহানবা মুক্ষম ওইখি।

## ফাগি লীলাগী শক্তম ঃ

মৈতৈনা ফাগি হায়রগমু অসুম খঙনরবা ফাগিগী লীলাসি হাস্যরসতনা মপুঙ ওইনা শান্নবনি। মসিদা য়াওরিবা মীশিংসি, পাইরক্কী লৌশিংদা অঙকপা ফংনা হৈ লিংলবা ঙাক্ত ওইনা তৌই। মতম

মতমহুদা থোকপা যেঁদোক কয়', ফিভম কয়াবু ফজবা নোক্লিংবা মতৌদা পুথোক্লুনা লীলা ওইনা হেক্তা শাবা ঙম্মি। মখোয়গী মগুণসি ঐখোয়না লাইরিক-লাইশুদা থেংনব, তাবা, চাওখৎলগা নোংচুপ্লোমগী ফগি হৈবা মীশিংদগী থোইনা তাবা নত্তে। অবুজাম্বা শাইতোন অহংগা হৈনীংমন্নু হাংরিবা ফাগিগী মীশকশিংসি ঙসি ফাওবা মমিংতা পল্লকপদা অহল লম্মন কয়ানা নোক্লিংবা পোক্লরি। মখোয়গী পাইরক্কী লৌশিং লৈবা নোক্লিংবা ঝারী কয়া ঙসি ঐখোয়না অহল-লম্মন্দগী তাবা ফংই। অম্বন্না হায়, নোংমা অবুজাম্বা শাইতোন্না মনিংলোমদগী লাকপদা হৈনীংমন্নুনা মথারোমদগী লাকপগা লমথাঙদা থেংনরে। অমনা অমদা কদায়দগী লাকপনো হায়না হংনৈ। মহুদা অবুজাম্বনা মথুং অনি শাংনা তিং.থাক্লকই, অহুগা হৈনীংমন্নুনা মনঙ্গল পোন্না নোম্বরকই। মহুনা মবানি অহুম্মক ভাব তানরে, খঙনরে অমনা লমশাংদগী লাকপনি, অমনা নম্বোলদগী লাকপনি। অম্বুম্ন মতম-চুপ্পদা মফম মতম লৈতনা ফাগিগী মীশক ওইনতা লৈরবা মীওই ঙাক্তনি। করি অমুক হায়গনি, নিংথৌনা অম্বুম্না মপু ওইনা পাল্লিংই মতমহুদা, অঙম-অথৌদগী হেন্দোক্লুনা লৈম-নিংথৌ ফাওবা মখোয়না ফাগিগী নাওংদা লঙনবা ঙম্মি। অহুন্নদি ওইরগা মখোয়গী ফাগিদা রাজ ব্যবহার কাযবা ঝারোল অমফাও য়াওদে। য়াম্না ফজবা লোম্দাদা অহুম্মক ফাগি তৌই। পুজাগী মুমিৎ তরানিচুপ্পা মথ, মথং শান্নাদা লোংমতা প্লোট মান্নদনা শান্নবা ঙমি। নীংথিনা শেম্বা প্লোট লৈতে, নোংহনবত্ত। মরু ওইনা চৎলি।

ফাগিগী লীলাসি মকোক ওইনা মীশক্লুগী শাগৈ, মিং, নত্রগ মখোয়হুগী শক্লম নত্রগনা মথোয়না লৌরিবা পার্টশি মমিংদা লীলা অহুবু লৈবাক্লা খঙনৈ। মহুদি, য়োংশুবী ফাগি লীলাসিগী মকোক ওইবা ওঝাড় যানজেঁবম চাউবা কৌই, বুচুহ শাথিনা মুবদগী য়োংশুবী ফাগি ঝৌনথি, পাওম্বা ফাগি মকোক ওইবা ওঝা মমিং পাওহম চাউবা বৌই, শাগৈগী মিং লৌখনো পাওম্বা ফাগি হায়না

খঙনখি, চেংবাফাগি ওঝা মকোক্তুগী মমিং ফিজম বোকুল কৌই, অদুবু চেংফম চাদনা শেগ্রাক্তা চেংই হায়দুনা চেংবা ফাগি কৌনখি।

হায়রিবা ফাগি-লীলাসি সার চুড়াচান্দ মহারাজগী স্নাহাক্তক ফাওবা অদুম চৎথরকই। মতমসিদা ফাওখিবা ফাগিগী ওঝাশিংদি গোস্বামী, লাইথংবা, উরিৎমহুম, পাওস্বা, চেংবা অসিনচিংবনি। নিপানা শম শাংনা থাক্লগা মুগী শাই। মমৈ ওইরকপা ওঝাশিংগী ফাগি লীলাগা হান্নগীগা খেন্নরকপসি, মরু ওইনা রাঙাং শাঙাংদা অসুম অসুম থরা কোমথোরকপা অসিনি। করি করিগুম্বা মতমদা হাইফেৎ রাজ-ব্যবহার কায়বা রাহৈ হেক-হেক য়াওরকই। অদুবু মখোয়গী মরাশিংদু অসুক্কী মতিক ফগ্রে, লৈমা নিংথৌ ফাওবনা মখোয়গী মরালশিং অদু খঙশিন উশিন্নদনা হেক থদ্বিখি। অদুক পান্নে, মখোয়বু লৈবাক্রা।

মসি অহানবদা দুর্গাপূজাগী মতমদা স্নাক্কোঙংগী লাইমাংদা অদুগা পুলিশ লাইনগী কালিমায়গী মাওঙতা শা রম্বদগী লৈবাক পারক্লনা দক্ষিনা থরা থরা তৌরগা খুল্লক্লম্ব কৌনখি। তারক্লিবা মওং অসিনদু শুমাং লীলাগী চৎনহোলগা চান্নরকপনা লীলাসিবু মণিপুরগী অহানবা শুমাং লীলাগী য়ুম্ফম্নি হায়বসিদা লান্নিংঙাই থোইনা লৈতে। অদুবু ইকোন-কোনবা ফাগিদা ফাওখিবা চেংবা হায়না খঙনবদু লৈখিদ-বদগী মণিপুরদা ফাগি লীলাগী পুন্সিদু অদুম লোইখিবগুম তৌগ্রে। ফাগিগী লীলাসি শান্নবা হৌরমদাইগী অহানবা তাঞ্জামক্তদা ধুলোক অমগা রমতাল থরগা য়ৈহনা লীলাদা য়াওরিবা মীশিংহনা ঈশ্বরদা খুরুমজবগী ঈশৈ শক্তুনা পরেং শানা থোক্লকই। মসিবু কওবাজ হায়না কৌনৈ। অদুদগী বৈঠা হায়হনা ঙাইহাকদু ফমহনা ভাবোকপু খুক্লম্বা ঈশৈ শকই। মসিগী চৎনবীসি ঙসি ফাওবদা অয়াম্বা শুমাং লীলাগী কাংবুনা তৌনরি, অদুবু থুগাইবা কাঙবদু থরদি মযাওরক্তে।

## শুমাং লীলাগী অতৈ লময়ানবশিং ঃ

অসুম হৼজিন-খোংচিল্লুবদা থেংনৈ (চহি চামা হেন্না পুন্সিরবা, হৌজিকসু লৈরিবা থাংমৈবন্দগী ঐজ্ঞা লাইময়ুম বলদেব শর্ম্মানা তাকপি) মৈদিঙু সুরচন্দ্র মহারাজগী স্নাহাক্তক্তা অশ্বমেধ যজ্ঞ, দ্রোনপর্ব্ব অসিন-চিংবা লীলা শান্নখি। লীলাশিংঅু থাংজম গোপাল অহুগা রাজকুমার অমুস্নানা তম্বিখি। রাংখৈরাকপগী মাওবতা লীলা তম্মি। গুরুময়ুম গোপালনা অর্জ্জুন অহুগা ফুলপ্রসাদনা বলদেব অহুগা থোৗরানী তেপ্পা দ্রোপদী, শঙ্গোইতোম্বীনা কুন্তি শাথি। লীলাদু মী য়াম্না চঙই। দ্রোনপর্ব্বগী ব্যূহ শাবদা মী য়াঙ্খিরোম্না শাই। অশেংবা থাঙ পায়-তুনা হাইনৈ। লূহপ্পা চেনা শাই। মুগা ফৈজোম, রেশম ফুরিৎ অমদি খামেন চৎপা শেৎলি। অশ্বমেধ যজ্ঞদা অশাবা শগোল অমখক্তা কাংখোং পানশিল্লগা মন্দির ময়াইদা চিংশিল্লি। লীলা কাঙবু অতৈসু লৈরম্মি। কালেন্দা গোবিন্দজীগী মাওবতা নীংখিনা শেম-শারগা ফিজং খন্দুনা, মাওব অকোয়বদা অয়েকপা লাই কয়ামুক থেস্তুনা লৈতেংই। লীলা হৌরকপদা হরিবল, দুর্গামায় লাউরগা চঙই। ধোপ পালানা হান্না ঈশৈ ওইনা সুত্র শক্লগা লীলা হৌই। জয় রাধা গোবিন্দ জয় হায়বনচিংবা ঈশৈ শকই। লীলা মথল মথল কয়া অমসু শান্নৈ। মতম অহুগী অপান-অপিনশিংনা লীলাশিংসি লিংখৎলি, ওর্গেনাইজ তৌই।

অসুম্না চহি অমগী মন্নুংদা অমুক অনিরক অহুক নুংঙাইথোকপা ওইনা শান্নবা লীলাসি সার চুড়াচান্দ মহারাজগী স্নাহাক্তক ফাওবা চত্থরকই। স্নাহাক্তক অসিদা রামলীলা, সভাপর্ব্ব, কীচকপর্ব্ব, প্রহ্লাদ চরিত্র অসিনচিংবা লীলাসু কয়া শান্নৈ। হায়রিবশিংসি শুমাং লীলাগী নাওংদা ভাবোক্লা ইকোয়-কোয়শিল্লগা শান্নবা ওাক্তি, অহুম্নদি ওইরগা তশেংবা শুমাং লীলাগী চৎনবী চঙথোক চঙশিন তৌহুনা শান্নবদি নত্রে। মাগী মাগী কাঙলুপ হায়বদি, প্রমান ওইনা সভাপর্ব্ব শান্নবদা

কৌরবকী কাওবুনা মায়কৈ অমদা, পাণ্ডবকী কাওবুনা মায়কৈ অমদা পরেং পরেং ওইনা ফম্নগা মাগী মাগী মতাং থোক্লকপদা অদুম চোং-থোক-চোংথোক্তুনা ঙাওবনি, একটিং তৌনবনি। লীলাগী লোন্দি হিন্দীনা অনম্বনি। অরাংবা থাক্কী হিন্দীলোলমকত নত্তে ; ব্রজবুলি মৈথিলী অসিনচিংবস্থু অদুম য়ানশিল্লি।

## শুমাংলীলাদা থুমাও থরমুক চাওশিল্লকপা ঃ

তশেংবমক মৈতৈগী শুমাংলীলানা থুমাও কন্না চাওশিল্লকপসি শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজগী স্নাহাক্তকনি হায়বা য়াই। স্নাহাক্তকসিদা মথক্তা পনথ্রিবা লীলাশিং অসিগা লোয়ন-লোয়ননা, পুণ্ড-ঈশৈ-জগোই-দা য়াম্না হৈশিংলবা মোইরাংখোমদা লৈবা স্নামচা কোবা সনা অমনা, কাবুল জগোইস্থু হায়নবা, কাবুল লীলাস্থু হায়নবা, জগোইনা নম্না উৎপা শুমাংলীলাগী মওং অমা পুথোক্লকই। মসি ব্রহ্মদেশতা ইং-রেজীগী লান্মী ওইনা লৈবা পাঠানশিংনা মণিপুরদা লান্দারকপদা মখোয়গী মওং-মতৌ থরা উহৌবহু লীলাওই-জগোইওই শেমজিন্দুনা উৎপনি। লীলাহুগী মওং-মতৌ ইশৈনচিংবহু ফাগি ওইনা চথে। শোন্না, ইংরাজী, বাংলা, হিন্দী, মৈতৈরোল, অরারোল, কনাগী ব্রজবুলী ফাওবা পুময়ান-য়ানশিল্লি। অর্থ লৌকম খঙদবা ঙাক্লি। মতমহুদদি মীরৈবাক্তগী শারকপা যন্ত্র— বিউগল, কোর্নেট, ক্লারি-য়োনেটনচিংবসি মীতৈমচানা চীন্না কামহুনা খোংবদা মাংই হায়হুনা কনামতা তৌনরমদে। অহুনা হায়রিবা কাবুল লীলাসিদা খোংনবা যন্ত্র বিউগলনচিংবসি চক্লনা মান্নবা শারগা শিজিন্নৈ। লীলাসিগী অহৌবমক্তদা চক্লনা শাবা বিউগল অসি পাংবহুনা নিপা অনিনা ময়াম কৌথোকপা ওইনা মচীন্না মরোল হায়হুনা খেংই। খোং-নিবা মরোলদি মিলিটরীগী চপ-চাবা সুরহু লৌরগা মরোল অমা শেমদোক্তুনা মালহনবনি।

ময়োলফুদি অসিনি—

"নম্বোল বাইবোল বাইবুনাই—
ঝাঙ্ ঝাঙ্ পেত্রেৎ পেত্রেৎ পিনাও নাউ—
ঝাঙ্ ঝাঙ্ নপুই ঝাঙ্—
গুরুনা নপ্তোং গুরুনা নপ্তোং—
ফোঙাই ফোঙাই, ফোঙাই ফোঙাই—"

অসিদম্মু নৎত্রি, ইশৈরোমদম্মু মতেক অমা লৌখৎলবদা—
"নন্দি খেলা হে, খেলা হে জাঙ্গি, গি গি পান্নরো—
আমাবিকা পান্নরো, য়োনা য়ানা রো— — —"

অহুগা অমুক্তম্মু—

"অত্রাদা ইংরেজী হাসকিংফোর, সমথিং হেকটিং ফাইনিং নো—
শমক্রো ফেলো টুয়েন্টি নিস্কালো হেকটিং ফাইনিং নো—"

অসিগুম্বা কয়া কয়া—

"বাবু তথে লাক্তে লাক্তে, বাবুনা শোত্তে লনশোত্তে,
কলা ফূইনা ফূইনা হো, বম্বুর ফূইনা ফূইনা হো —"

হায়নচিংবা জ্ঞান ইতা-তাদবা ঙাক্তনি। মসিদা কনানো ভাব তাগদবা! অতুবু অনৌবা মওংগী থুখেক-শাথেক্তা পুথোরকপ' জগোই-শিং, অতুগা নাকোংদা খোইথুম্নরবা স্বর-তাল-লয়গী অনৌবা শৈশক-শিংহুনা ভাবোকপুম্নবু অম্মক্কী মতিক শুমহৎখ্রে, কাখিবা য়া উমশিনবা কাউই হায়বত্নমক য়োই। মসিদগী অতুম্মক থঙই, ময়াম্না হায়নবা 'হেক্তমক শেংখ্রবা আর্টতদি লোলসি ময়েক নুংয়েক্কী খোইনা মফম লৈতে, মশানা অত্নমক মীওইবগী থম্মোই শুমহৎপা ঙম্মি' হায়বত্ন চুম্বোইরে হায়বসি। মণিপুরদি ফুগাইনা শাৎলবা কলা-লৈরাংগী লৈকোন্নি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। হায়রিবা কাবুল লীলাসি শ্রীযুৎ মহারাজনা মণিপুরদা থোক্লকপা অচৌবা ফম্নাইবা সাহেবশিংগী

মমাংদা হেক হেক উৎহল্লি। ভারতকী মতমত্তুগী গবর্ণর জেনেরেল লর্ড কার্জননা মণিপুরদা লাকপদা লীলাসি মথল্লাই তান য়েংখি।

মসিগা থৌমন নাউমন ওইনা রাজেংবম লৈকাইদগী ফদিবী পালা হায়বা অমস্তু মতমত্তুদা পুথোক্লম্মই। মতুদি মৈতৈলোন্দা শেম্বনি। মতুস্তু লৈবাক্তা হরাউনা মতম শাংনা তরাম তরায়া ওকখি।

## রস্ কয়া শুবা অহানবা শুমাংলীলাশিং:

মথক্কী অসুম্বা মওং কয়াদা মণিপুরগী শুমাংলীলাগী থৌওং তন্নকপসিনা, ইকুই কুইদ। পৌরানিক রাজা হরিশ্চন্দ্র শুমাংলীলা ওইনা পুথোরক্লে। লীলা সগী কাওবুস শাগোনস অনোমদগী অমুম্বা ওইনা তৌই। হরিশ্চন্দ্রগী রাজাদি মানসিক অমসুং আধ্যাত্মিক মরমদা থাক রাংনা লৈখ্রবনি। পৃথিবী শিন্দুংনা লাউখ্রন থনরবা মহাত্মা গান্ধীনা হরিশ্চন্দ্রগী রাজাগী থওয়োইদা লনা থমখ্রবনা; মাগী পন্সি খোঙচত্না রাজাসিনা মতে ফানা পাংখ্রবনি। মরম অসিনা অমত্তং লৈবাক্কী সেবাদা মথল্লাই কথোকপা, মীগী অরাবদা ঊমজবমখি তেং-বাংবা, থরদংতনা পেনজনা লুংঙাইথোকপা অমা শানিনচিংবাসি মণিপুরগী ইপা-ইপুশিংগী শাগোন্নবা সঙ্কৃতিনি হায়দনা য়াই। হায়রিবশিংসি হরিশ্চন্দ্রগী রাজাদা পোক্তনমক অতম থেংনে। মরম অদুনা মণিপুরগী ভাবোক্তা শুমাংলীলাসিবু কাউত্তুমদবা অমা ওইনা লৈখি। লীলাসি পুথোক্লিবা কাঙবুনা রাজাসিগী মাধুর্য্য ভাবতু ঊমজনমথৈ য়েংনবা হোৎনদুনা উৎলি। ফাগিগী মায়কৈদা শিষ্য শাবা অমা য়াওহন্দুনা মশক মতৌ রাঙাং-রাতানা ভাবোকপু পুক্লি তিংবমথৈ নোকহল্লি। অতুবু মতমত্তুগী ফাগি মতৌগা হৌজিক্কীগা থরা থেন্নবা অমদি লৈ। মতমত্তুদনা মায়দা হামুক শুর তৈশিন্দুনা সার্কাসকী জোকরগুম ময়াম নোকহন্নবা মওং অমা তৌরম্মী। লীলাগী মরক্তু চৌংমী শাবা, পাগল শাবা, পাঙ্গি-শংলাকপা শাবা হায়বনচিংদা কয়া হাপচিন্দুনা হাস্যরসকী

মপুঙ ফানবা লোংলৈ। বাসোক্কী নুংশিরবা স্থরদা ইশৈ কয়া গীত-গোবিন্দগী ফজবা মতাংগী ইশৈ কয়া হাগ্লুনা লীলই অহল-নহা খায়দনা তত্তনা য়েংনিংব পোকহল্লি। লীলাসিদা হাস্যরসতা নত্তনা, করুণরস, বীররসসু নিংখিনা য়াওই। অদুনা মৈতৈরোম্দা রস মখল কয় শুনা উৎপা শুমাংলীলাসি হরিশ্চন্দ্রনা মহাল্লে। আর্টসকী মায়কৈদসু থাক রাংনা উংলি। শৈব্যাবু মীনাই ওইনা লৈবা কাশীগী ব্রাহ্মণ শাবা নিপাত্তু, তমখিবদা লৌনা শাবা ঙমখিবনা ভাবোক্লা মাবু 'বামোন ফত্তবা' হায়রগা অতুম খত্তংখ্রে। অদুগা অমুকসু, বামোন ফত্তবসিনা শৈব্যা রোহিতাশ্ব মমা মচাবু শাথিনা ফু ভৈত্তুনা নৈরকপদা শিশিবা অমাং রোহিতাশ্বনা মমাদা,—"ইমা ঐদি অদোমদা চংনিংদে, বামোন ফত্তনা ফুরক্কনি" হায়দুনা পেহৌ পেহৌ থম্মোয় শোক্লা হায়খিবা খোম্থাংদু, ভাবোক্কী থম্মোই অমুক্কী মতিক শোকখ্রে, লীলানি হায়বা কাউদুনা লৌগংলগা বামোন ফত্তবত্তু ফুরসিরা হায়বত্ত য়োই। লৌজিকসু মতাং চাবা কয়াদা মৈতৈনা রোহিতাশ্বকী রাইহসিমক পানশিন্দুনা শিজিন্নরি। করুণরসতা হকচিন্না য়োখিবনা রোহিতাশ্বপু লিন্না চিকপা মতাং অদুবু রাইদদি অয়েংবা ভাবোকপুপ্পা নহা অহল খায়দনা কপ্পবা য়াওদে। কনাগুম্বা থম্মোই থরা নৌবা মীদি মখাল থোক্লা কপ্পকপফাও য়াওই। অমুম্না অহানবা চিংকোক-মতদা রস শুরবা, মণিপুরীগী সংস্কৃতিগসু চুশিন্নরবা শুমাংলীলা হরিশ্চন্দ্রনা ভাবোক লক্কা লক্কাগী থম্মোই খোনখিবদগী ওসি শুমাংলীলাবু লৈবাক শীন্না পামহনবা অমা পোকহনখিবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্কনি নিঙদে।

অমুম্না লৈবাক্লা পাম্না হরিশ্চন্দ্র লীলানা চংখরিঙৈ তাঙ্গাদা মৈরাবা চরন কৌবা নুংঙাইরবা শুমাংলীলা অমসু পুথোরকই। লীলাসু রস কয়াদা চঙখোন্না উৎপনা মতম শাংনা ভাবোক্লা পাম্নখি। মতাং অসিদ পনবা য়াবা অমদি হায়রিবা হরিচশ্চন্দ্র, মৈরাবা চরন

হায়বা লীলাসিদা মুপীগী পার্ট মুপীনা অহুম শাই। অহু, অথাপ অথাপ্পা লমদা চৎলকপদা খুদোং চাগনি উরক্কবনা মতুংদা খোক্লকপা লীলাসিংদদি নিপানা মুপীগী পার্ট অহুম লৌখ্রে।

অহুম্না মায়পাক্লা মণিপুরগী শুমাংলীলানা চথরকপা অসিনা, থোইনা মতম পংকান্-কান্নদনা ঠগলীলা, চন্দ্রজিনী, সাবিত্রী সত্যবান, সত্যচরিত অসিনচিংবা লীলা কয়া অমা থোরক্লে। সাবিত্রী সত্যবানগী লীলাদা হাস্যরসনা মপুঙ ওইবা 'থেঙ্গুহুনবা' হায়বা মতাং অমা হাপ্পদগী লীলাসিব, মমৈথংদা লৈবাক্লা 'থেঙ্গুলীলা' হায়রগা অহুম খঙনখ্রে। পোৎহাপ ওইনা হাপ্পা থেঙ্গু হুনবা মতাংসিদা অঙম্না অচুম্বা শকনা অতোনবনা অঙম্বশিংগী মথুং হায়ঙমদনা অরাবা নংবগী মওংচু ময়েক লানা উৎপনা ভাবোক্তা থরাইতানা শোকপগা লোয়ননা মশা মশাগী ফিভম থম্বনবা মচাকসু পী। থেঙ্গুলীলাদা থেঙ্গুহুনবা শাবা খোমদোন, অতুগা থেঙ্গুদগী থোক্লকপা থেঙ্গুজম থোকচাও শাবা লৈবাকমচা, অরাংবা থাক্কী আটিষ্ট ওইথিবনা মীয়াম্না কাউঙমদবা অমা ওইনা লৈ। হায়রিবা লৈবাকমচা হায়বসিনা হনুবা শারকপা মতমদা হায়খিবা, 'ইপলদি ওম্থোক্লা শোল্লেদা, শোনমন্দুনা শিবব, ঙম্নি হায়বা থাজরক্তে' হায়বনচিংবা নাতৈ চানা-চানা চাদবা রাঙাংশিংনা ভাবোকপু রা-লাউনা হেক্তা নোকহল্লি। মসি হৌজিক্তি মৈতৈগী নাকোংদা হেক হেক তানরকপা রাহৈ অমা ওইখ্রে।

শুমাংলীলা সত্যচরিততম্বু থাঙমৈ মখোঙ শাবনচিংবা য়াম্না নোক্লিংবা, অদুম্নদি ওইরগা পুন্সিগা মরী লৈনবা থম্বনিংঙাই ওইবা মতাং অমা হাপ্পদগী মমৈদা 'থাউমৈ মখোঙ' লীলা হায়না খঙনখি। হায়রিবা পোৎহাপ থাউমৈ-মখোঙ হায়বসিদা মন্ত্রীগী মচানুপীনা লৈবাক্কী রায়েল-থোদা পুরিবা অঙম্বা অহুম্বু মতম অমতদা মফম অমতদা মথং মথং অমবুনা থাউমৈ মখোঙ শাহনবা, অমবুনা হনুবী শাহন্দুনা ইমুং-রাইরম শিংহনবা অসিনচিংবা নিপাগী শোম্থরকপা তাঙ্গাদা মুপীনা খুদোংচাবা লৌহুনা অপঙবা শীরকপদু উবদা

2৬০০০



ভাবোক্না পুক্কি তিংবমথৈ নোক্না নোক্না মমল য়াম্নবা মথেন্নি হায়না লৌনখি। লীলাসিদা হাওবা শির্ষ্য শাবা, লফোই-য়োনবা শাবা আর্টিস্টশিংহ মণিপুরগী তাওলবা আর্টিস্ট ওয়াক্কি। শিষ্য শাবগী ফাগি তা ওয়াগাংদা অপ্পা লৈতনা জয় জয় ওয়াক্খা। ওস্বা, মহাক মথক্তনা কৃষ্ণ অমুক শা, গোপী অমুক শা, রাস মতেক অমা অদুক উংলকপা, ভাবোক ময়াম নোকপদা পুক্কি পায়হনা খাওনৈ। অদুগা অমুক, লফাই য়োনবা শাবদুগী মরাশি মগুণদি, মানা বা মচেং অমত্তা ওওদনা ভাবোক মমাংদা চপ হেক লেপ্লবদা ময়াম্মক্কু বা-লাউনা হেক্কো নোকহনুবা ওস্ম। মখেয়শিং অহু পোকপদগী কোন্নরক্লবা মগুণ অমমম য়াওবগুম তৌই।

## শুমাংলীলাগা রাজনীতি য়াকায়রক্লকপা ঃ

হায়রিবা ওয়াহাসিনত্তুদা সামাজিক ঠগলীলাম্ম মপূম মরৈ ফানা চত্থরকই। ওক্লিংওাই অমনা—শুমাংলীলাগী ওন্নিংৈও তানফমমক্তুদা মতমহুগী লৈবাক বায়েংগী ইথিদগীস্ত অদুগা মশা মশাগী ওইনস্থ ধর্ম্মদা পূক্লিং হকচাং লুপচরবা, ঈশ্বরগী ওইবা পুরানগী ওইবা বাফমতদা মথরাই তাজরবা মৈতৈ সমাজনা, পৌরানিক লীলা অমদা পোংহাপ ওইনা হাপ্লস্থ নত্তবা, ফাগি লীলাগুম থোক্ন থোক্লবা উংপস্থ নত্তবা, ধর্ম্মগস্থ হায়ফেৎ তাযোন্নবা, পুও অহুম-মরি লিশাং শিংনা শান্নবা সামাজিক ঠগলীলাবু অহুক থরাই তানা মতম শাংনা লৌনখিবসিনি। মসিনা তাকপদ— লীলাহু শেম্নিবা অদুগা তখিরিবা ওঝাহু অওকপা ফংনা গুণ চেল্লি, অদুগা কুম্নিবা আর্টিস্টশিং অহুস্থ অয়োবী থাকী আর্ট একটিং, ডাইলোগ উংপা ওমি হায়বসিনি। অদুগা মতমহুগী মণিপুরী সমাজগী চম্লবা বাখল, চম্লবা পুন্সি মরেন অহুনস্থ, হায়রিবা ঠগলীলাসিগী 'হয়িংনা ওল চাখে, ইয়ানা ইচাহুগী পুখ' হায়বনচিংবা ইচম-চম্বা ফাগিনস্থ ভাবোকপু থরাই তানা নোকহনবনি।

মসিগী মথক্তা অমুক মরু ওইনা পনবা য়াবা অমনা লীলাসিদা মরু ওইবা মীশক ওইখিবা, মরাংশি ফবনা লৈবাক্তা কাংউমদনা লৈখ্রবা, রাইহৈরাতা হৈরবা চহখাম ইবোহলনা শুমাংলীলাদা প্রজা কয়াগী মমাংদা রাজনীতি শোকপা রারোল হৌদোরম্মসিনি। রাফমসি হৌজিক্কী মতমদদি থোইনা পংনু লুদবা, তরাই তরাইবা ওইনা তারবস্থু, মতমতুদদি বৃটিশকী শাসন চৎপিদা নিংথৌনা অশুম্না শক্তি পায়রবনা রাজনীতিগী রাফম অমতং কাংথোক্ৎসি চৌলনৈ ককদবা রাফম ওইনা খন্নরম্মি। রাজনীতিদা মায় পনশিনবা অথও অতৈ অনিদংনা, রাজনীতিগী রারোল খজিক্তং কাওথোক্লকপা ফাওবদা লৈবাক্তা করম্নো করম্নো হায়না থবাক য়ৈনবা মরুন্নি। অতুম হায়রিবা আর্টিষ্ট ইবোহল অসিনা ফাগিগী মওংদা মতমগী সমাজগী অশোনবা, লৈবাক রাজেলগী অমোৎপা কয়া পুথোক্তুনা নোকহনবগী লেপ্লমন, তুমহনা লৈরবা ময়ামদা মিকপ থোক্লবা কন্না হোৎনরম্মি। মহাক্কী লীলাদা ফাগি ওইনদি শকপা 'মৈতৈ মচা তুকান ফমহল্লো..............' হায়রবনচিংবসি মন্নুংগী অর্থ য়াম্না লৈবা রানি। অহম পুন্নমকসি তা-না খঙনা মতমতুগী রায়েলচৎপি পাংবশিংতু মাগী মরাংনা ফমংখিবনা অহুমক য়া কানা নোক্তুনা তাখি। মসিনা তাকই মীনা হায়নরিবা— 'থাইনদি লীলাগী মীতমা লীলা শাম্লৈ' হায়নতু অচুম্বা ওইমাল্ল হায়বসি। অদুগা হায়রিবা আর্টিস্ট অসিনা লীলাদা, শিরমদাইগী কৌবা খুম্বা ঙমখিদ্রবা য়াম্নক তারবা মীওই শাদুনা লৈখিবত্থ উবদগী ভাবোক পুম্নমক চেক মোক লাউদনা লৈনখ্রবদা, মচানা চঙলক্তুনা পাজী, ইমাতোন লাক্লে হেক হায়রকপদা চরনামৃতফাওবা লেকউ য়াখিদ্রবা মাগী ফিভমদুনা "হঁা! অদুদি কদায় অনোক পুরকউ" হায়না তফিং তফিং হোগৎলকপদু উবদা নোক্লোইদবা কনা য়াওবগে? মতাংসিদা শঙ্করাচার্য্যনা মোহমুদগরদা হায়রম্বা, মী ওইবনা মপোকথোক্ ময়া-লাংলবা, চৈশুনা মশা পুজবা ঙমদ্রবা ফাওবা, অপাম্বদি কৈদৌহুং

থাদোকপা শুমদে হায়বা ৱাফমদু ভাবোক্তা খংনিং-নিংশিংহল্লি। অতুম্না নোংথাংগুম অপঙ-অশিংপূম্বদা মঙাল পীরম্বা ফাগি ঙাক্কি মহাক্কীদি। মহাক্কা খোঙলোই ওইনা চংমিন্নবা, মতমদুদা নহা ওইরবস্তু মীনা শকখঙনরবা খুত্তামচাগী ফাগিগী ৱাঙাং অমদি শৈশক্কা সমাজগী অমদি গবর্ণমেণ্টকী চুমদবা অশোয়বা কয়া নাকোইননা পুথাক্কনা হুংঙাইবা পীবগা লোয়ননা ৱাথল খঙ্গনবা মচাকস্তুপী। পুন্নমকসি য়েংলুবদা হায়রিবা আর্টিষ্টশিং অসি মৈতৈ শুমাংলীলাগী অনৌবা খোঙথাংগী লময়ানবা ঙাক্কি হায়মনবা থোক্লোই।

## শুমাংলীলানা মরৈবাক্তা অনৌবা খুদোলঃ

মতৌ অশুম্না শুমাংলীলা কয়া চত্থরকপা মতাংসিদা মরু ওইনা পনবা য়াবা অমদি, মণিপুরগী ঐতিহাসিক ওইবা 'মোইরাংপর্ব্ব' শুমাংলীলা ওইনা পুথোরকপসিনি। মণিপুরী সমাজনা লিরবা সংস্কৃতিগা কোন্নরবা মপা মপুগী ৱারী চুম্না পেনা শকপা ওঝাশিংদগী তাহুনা হুংঙাইরম্বহু, মিৎ-নাকোং য়াওনা শুমাংলীলাগী শক্তমদা উজবা ফংলকপহৃদা হায়ঙমদনা হরাউ-তুজুংনখি। অহানবা ওইনা লীলাসি কোংপাল্লোমদগী পুথোরকই হায়হুনা 'কোংপাল মোইরাংপর্ব্ব' হায়না খঙৈ। মতুংদা অতোপ্পা কাঙবু অমনা মোইরাংপর্ব্ব অমমুক পুথোরকপদগী হান্নগী অসিবু 'মোইরাংপর্ব্ব' অরিবা হায়নস্থু কৌনগ্রে। হায়রিবা মোইরাংপর্ব্ব অরিবসিদা খুলং-ইশৈনা ইশৈ ওইনা শকই। পেনা-শকপা ওঝাশিংগী মফমদগীতা খুলং-ইশৈ তাবা ফংলম্বহু লীলা ওইনা অৱাই-অথুম তৌনহুনা তাবা ফংবসি লীলা অসিদগীনা মহাল্লে। ইউরোপলোমগী ওপেরাগুম চুম্না লোল লোন্নহুনা হায়নবা য়াবা মঙাং কয়াস্থু লীলাসিদা খুলং,ইশৈনা অৱাই-অথুম তৌই। খুদম ওইনা—থোংলেন্না লাল হৌরকপা মতাংদা মোইরাং নিংথৌনা চাউবা নোংথোলদা "ইপু নোংথোল করম্নো, লৈবাক মাঙবা তারেনা...... ........"

হায়বনচিংবা চুন্নগী বারোল অসিফাওবা থুলং ইশৈদা হায়। অদুনা লীলাসি মৈতৈ লৈবাক্কী ওপেরা শীংদা চনবা য়াই। অসিগী মথক্তা থাইদগী মরু ওইবা অমনা মোইরাং কংলৈরোন্তগী ওইবা খোন্নোক ইতোপ তোম্বা অমা লীলাসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা আর্টিস্ট খুদিংমক্না শিজিন্নৈ। হায়রিবা খোন্নোকসি লীলাসিগা অমুক্কী মতিক চুশিন্নগে, খোন্নোক অসিদা ডাঙ্দ্রবদি লীলাসি শুকয়েং য়েংবা য়াদবগুম তৌই। অদুনা অহানবা খোক্লকপা মোইরাংপর্ব্বগী কাণ্ডবুনা পেনা শকপা ওঝাশিংদগী নিংথিনা লৌদুনা জগৎ পুম্নমক্তা লৈতবা মৈতৈ লৈবাক্কী ওইবা লীলাগী খোন্নোক অমা মণিপুরগী ওইনা পীখিরন্নে। মসি মমা লৈবাক্তা মখোয়গী চাউরবা থুদোল অমনি।

অদুগা অমুক 'মোইরাংপর্ব্ব' অনৌবা হায়বসিদ নোংজু-ন্মুংশা থাক্তনা কুম্-থা নাইদনা শান্নগ্রবা লীলানি। মসিবু লৈবাক্তা মমৈথংদা 'নীলকৃষ্ণগী মোইরাংপর্ব্ব' হায়নদু খঙনখি। মরমদি, ঐদ্রা নীলকৃষ্ণনা লীলাসিগী থোংলেন শাবদা মশা মউ বাং চাউদগা লোয়নদা আর্ট একটিং, খোন্নোক্তা চীং-লেম্বা, ফজবা উৎপত্নদা ভাবোক্তা থাংলেনতা থোংলেন ওইগবোই নিঙনখিবদগী লীলাসি মাগী মমিং কায়রগা অদুম খঙনখিবনি। লীলাসিগী নোংবান, খম্বা, থোইবীন চিংবগী পার্ট লৌখিবা মীশকশিংদুসু থাগৎনিংঙাই ওইবা আর্টিস্ট ভাক্তি।

লীলা হায়বসিমক্তবু টিম্-ৱার্কনি। মী অমা অনি ফরগা লীলাদু হেক মুংঙাইবা য়াদে। তম্বিরিবা ওঝাদুগী হৈ-শিংবা অদুগে কাণ্ডবুদুগী অয়াম্বনা মতিক চাবা মাগী মাগী পার্টতু উৎলগতা মীয়াম্না য়ানরকপিবনি। মদু থোক্তবশিংনা থাংগৎলক্তা অদুম মাঙনখি।

লীলা খরদংতা নৈনবনি। অতৈ লীলা কয়া অমসু লৈবাক্তা য়ানা মতম শাংনা শান্নখি।

## শুমাংলীলাদা মতম থরা চংনরম্বা মওং ঃ

মমাংদৈগী শুমাংলীলাগী মওংদা পনবা য়াবা অমনা হৌজিক্কী মতমদা নাতে চাদবা, অঙকপা অমা ওইনা থোক্লবস্থ মতমমতুগী ভাবোক্কীদি য়াম্না নুংঙাইনা থোকপা, মৈতৈনা মল্ হায়রগা খঙনবা প্রোউণ্ড এক্সাসাইজনী মতাং অমা লীলা অয়াম্বদা হেক হেক হাপ্পবা য়াওই। লীলাগী নিংথৌ শাবতু ফংগা মনাই অংম্বা শাবা অমনা, শ্রীযুৎ স্নামিংয়েং তানবা নৈবাকসিগী অহৈ-অশিং, মানা মানা হৈজবা বিদ্যা উৎলো লাউ কায়না কৌথোকখিল্লি। মতুদা মল্ হৈবা নিপা অমা থোরক্লুনা উপতুল, লোংহুল, লাংচৎপা, লোংনা খ্বাঙ নৈবাক শোকপা অতুগা অমুক থোঙ অনিগী কারক্কা কোক্কু লিংশিনবা, অসনচিং। মথল কয়াগী মল্ উংলৈ। মতমতুদা করিগুম্বা ভাবোক মরক্তা মল্ হৈবা কনাগুম্বা য়াওরম্লবদি, মাস্থ ফি শেমতুনা ভাবোক মরক্কগী থোরক্লগা লীলাগী মল্ থৌ তুগা শীংনতুনা অহৈবা তান্নৈ। মতুদা ভাবোকশিংনা নোকপদি লায়রতুনা তুমিন্না য়া কাতুনা য়েংনৈ।

মথক্তস্থ পনখ্রে, শৈহৌ লীলা অমা অনি নত্তবা অতৈ শুমাং-লীলাদদি নুপীগী পার্ট নিপানা কুমখ্রে। অতুবু হৌজিক্কী মতমগুম মেক-অপকি মপোক মচৈ নিংথি নুংঙাইনা ফংদ্রিঙৈগী চুম্নগী কেশ পাউডর থরগা, সিন্দুর অংগা কামুক থরগা শিজিন্নরিঙৈতুদা নিপানা নুপী শারকপনি অগুক্কী মতিক মানখ্রে, অগুক্কী মতিক ফজখ্রে, নুপীমক-ফাও কল্লক্লিংঙাই ওই হায়বা য়াই। শক্লোন ওনবদা হৈরবা বহুরূপী ফাওবনা শারকপদা মতু যৌগনি থাজদে। হায়রিবা মেক-অপক্কী পোক চৈসিতনা লীলাগী অতৈ অতৈ কেরেক্টরশিংদস্থ মান্ন মান্নবা অহুম শেম্বনি। নিঃযৌনচিংবা য়াওবা লীলাদনা নিংথৌদগী হৌনা অঙম-অথৌ অয়াম্বা আজমেরী কোয়েং লেংনৈ। ক্লুরিং অচোনবা মরাং তুরাংবু ওইরবস্থ অচম্ববু ওইরবস্থ অমা লিংনৈ। থোঙ মোজাতমক উপ্লি থোঙউপ

তোংদে। সামাজিক ওইবা লীলাদসু পার্ট পার্টতুগী নাতৈ চাবা ফিজেং শেংলি। মেক-অপ্কী মতাং নত্তনা অতৈ হায়রিবশিংসিদি হৌজিক ফাওবসু অদুম মচংনরি।

## শুমাংলীলাগী ওল্লকপা শক্তম :

অসুম্না নুংঙাইবা অঙকপা কয়া তিন্নন' চংথরকপা শুমাংলীলাগী খোঙচংসি অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মতুং চহি খরদংদি হান্নগী মতোংগা হাইফেৎ মান্নবা চংথরকই। অদুদগীদি অনৌবা লীলা কয়া ফোক, হিষ্টোরিকেল, সোসিয়েল মথল মথেল শুনা চোংথোরক্লে। মখোয়শিংদু খরদং মমিং পল্লুবদা শক্লেন্দ্রী চাইশ্রা, লায়িংথৌ খোরী ফাবা, পিদোন্নু, শান্থলেম্বী, চরাইরোংবা, পামহৈবা, ভাগ্যচন্দ্র, মহাপ্রভু ফিটাওনবা, বি,এ, মপা লন্দোইবা, ফাদোক পেমচা অসিনচিংবা কয়ানি। মখোয়শিং অসি লৈবাক্লা কুইনা শাংনা য়ানখ্রবা লীলা ঙাক্লি। মতমসিদা হান্নগী মওদগী খরা হোংলকপা হায়বদু ভাগোক্কী জ্ঞান হেনগংলকপগী মতুংইন্না প্লোট চাদনা নুংঙাইনবনি মোরুবনি হায়দুনা কারল-তুরল পংহাপ-হাপচিনবা তৌনরক্লে। চৌং-লেম্না ফাগি তৌনরক্লে, মীয়ামদা নিংশিংনিংবা রাফম্না মাঙ ওইনা থম্নরক্লে।

মসিগী মথা তারকপদদি মতমগী মতুং ইন্না পৌরানিক, ঐতিহাসিক লীলা অসি খরা খরা শান্নক্লে, মরক মরক্তা অদুক মোইরাংপর্ব্ব উবদু মঙায়রে। মণিপুরী সমাজগী ফিভম অওনবা মায়কৈ অমরোমদা চংথরক্লে। অহল খরা ওইবশিংতনা শান্নরম্বা লীলাদু নহারোল কাঙবুনা অয়াম্বা শিনখ্রে। যুগকী খোঙলৈনা জগৎকী মফম পুম্নমক্তা সিনেমানা এন্টরটেনমেন্টকী মবোক হোংহনবগী অবনবা শউমত্ত মণিপুরদসু য়ৈররে। অদুক থাইনগী মওংদা লুপ্পা কাঙবু অমা অনি নত্তনা অতৈদি মতমগী য়াওন্দা তিনখ্রে। মণিপুরগী নহা-অহল অখণ্ড-খণ্ডদা খাক্লনা সিংনারোমদা পুক্লিং লুপশিন্নরকপনা শুমাংলীলাগী খোঙচংসু

মাইকৈ অদোমদা পাংলক্লে। মসিগী মরম থোইনা অমুক থিরুনিংঙাই লৈতে। লীলা হায়বসিমক্তুবু মীয়ামগা চেৎলবা মরী অমা থমদবা শুকয়া য়াদে। অতুনা মীয়াম্না ওনখিবা মায়কৈরোমদা মাস্তু অতুম্মক ওনবা তাই। অতুম ওইনমক মানসিক অমদি আধ্যাত্মিক্কী মায়কৈ-রোমদা কুপ্না য়েংশিন্দুনা, "সারং ততো গ্রাহ্য মপাশ্য ফলগু হংসো যথ ক্ষীরমিবাম্বু মধ্যাৎ" হায়না পঞ্চতন্ত্রদা হায়রম্বা, কাঙনা শঙ্গোম ঈশিং য়ান্নবদগী ঈশিং হুন্দোক্লম্লগা শঙ্গোমতমক লৌবগুম ফত্তবা শরুক হুন্দোক্লগা অফবা শরুক্তা লৌখৎপা তাবনি। মীনা পাম্মি হায়হুনস্তু চুশিন্নবা য়াদ্রব অকায়বা থোক্লদবা মীয়ামগী সভ্যতাবু মিহৌরুত্তুনা মখোয়গী সংস্কৃতিবু মণিপুরী সমাজদা পুশিল্লক্লবা হোৎনক্লবদি অমাঙবা নত্তনা অতোওবা খক ওইরোই। হেন্না মশা-মরেং পান্নবনি হায়হুনা চানদবা হার হাপ্লরবদি পাম্বীহু শিগংনরক্লুনা মফম মরাং খঙদনা মাংখিবা শোয়দবনি। মরম অসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা কৈদৌনুংদস্তু মমি তাখিদ্রবা আমেরিকান কাও বোইশিংগী ফীজেৎ-চাকচা, নোংমৈ পায়হুনা পংকাপ-কাপ্পবা, পুন্সিবু মমল লৈত্রবা লৈহুম অমগুম খন্দুনা মাঙহনবদা নাচুংবা পোক্তবা, মমা-মপা মচিন-মনাওশিংগী মরক্তা অথিংবা লৈতনা পংঙাঙ্-ঙাঙ্নবা, ফত্ত-লৌশিং কয়া পুথোক্লুনা মাগী মাঙ-তাক্লবা তৌবা, অসিনচিংবা কয়া মতৌ তমহুনা ভাবোক্কী পুক্লিং লেলহন্নবনি হায়না পুথোরকপদি খুদোং থিনিংঙাইগী মশক্লি। মরমদি মীওইবগী পুক্লিং অসিমক্তুবু মহী লাঙবা পোৎকা পাংথক্লি। অকুৎপা মায়কৈরোমদা মহীনা হেক হেক চেম্বগুম মীওইবগী পুক্লিংস্তু ফত্তব-রোমদা হেক হেক চেম্নবা লাক্লৈ। লীলাদা উৎলিবহু ফত্তে শক্তাকপনি, তৌদনবা খঙহনবনি হায়না খল্লবস্তু ভাবোক্লদি শেরান্নবা রাখল অম-রোমদা পুথিহুনা মতৌ তম্নিংবা অপাম্বরোমদা তাউথখিগদ্রা হায়না কন্না চিংননিংঙাইনি।

মমাংঙৈদদি চিনবুংদা শেম্লগা লীলা শান্নরম্মি। হৌজিক্কি অইবা লাইরিক য়াওদনদি লীলা শান্নদ্রে। মসি মণিপুরী অইবশিংগী দি

শাফবা অমনি। লাইরিক ইবগী চাংয়েং অমস্থ ওইরকপনা সাহিত্যগী লমদা চাওখৎনিংঙাই মদাক্নি। তৌবতদি সমাজগী অহংগা সাহিত্যগী মায়কৈ য়েংদুনা খুৎ থাবা তাই। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ইরাং য়েংদুনা পংই ইবনদি লৈবাক্কী বান্নফম ওইরোই। রঙাঙ, শাঙাঙ, নূজদবা হৌনদবা লোনচৎলোমদা নম্না চথপ্নবদি সমাজদা হৈনখিরা অমা পোকখিদুনা থাদোক্লবা লাক্লবদা লুনা যোক্নি। হিটলরগী পব্লিশিটি ডিপার্টমেন্টকী মন্ত্রী গোয়েবল্সনা হায়খিবা মীনম্বা বাস্থ চামরক হায়জিল্লক্লবদি অচুম্বা ওনখি হায়বদু তত্তনা নিংশিংবা তাই।

## থন্ননিঙাই ওইবা রাফম:

অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ মৈতৈগী শুমাংলীলা লৈবাক্না পান্নৈ হায়বসিদি চুম্নবা রাফন্নি। মসিদনি শুমাংলীলাগী খোঙথাংনা অঙকপা ফংনা লুব্রিবস্থ। হৌজিক কুনশুবা শতাব্দীগী যগু লাউনা চাওখংলবা যুগনি। মীতৌ তম্বদা কা-তেন্না মালংন্নবা মপোং মচৈ মরাঙ কায়না ফংলে। অদুনা অত্থ-অদাগী মতৌ মাংহন্নবদি মমাংমৈদগী ওম্থোক্না শাথিনা হেল্লে। অদুবু ফিজেৎ ঙাক্তবা মেক অপ ঙাক্তনা নিংথিবা লীলা ওইবদি নত্তে। হিরমসোমদা মমাংঙগী মতম শাংনা লৈবাক্না পাম্নখিবা লীলাশিংই মতমদুগী ভাবোক্লরা নত্রগা লীলাগী মওং মতৌইনরা হায়বসি য়াম্না কুপ্না থন্ননিংঙাই ওইবা অমা চঙই। চুম্মি, যুগকী পোইরৈ থি নিঙাই শৈতে। অদুবু রাফমসিমদি কাউদবনা চুম্মি, সিনেমানা সিনেমানি, থিয়েটরনা থিয়েটরনি, শুমাংলীলানা শুমাংলীলানি। অমমম চাদা হাউই হায়নদুম্ব শরেং খোংবগা, উটি খোংবগা, হৈ খোংবগা পুল্লপ তোঙনা চাশিল্লবদি হাউরুবদি লায়রহনা মতা চাদ্রগা নামুংনবদুম মওইরমদুনা পঙরা রাবস্থ য়াই। অদুনা মচা খায়না মাগী মাগী মরমদু চথবতনা লৈবাক্কী অফবা ওইগনি। মমিং মান্নদবগুম লোনচৎ থৌরমস্থ মান্নফম লৈতে।

অতুগা রাফমসিগা মরী লৈনবা অমনা— শুমাংলীলাতগী ওইনা লৈরক্লিবা করয়াজ, বৈঠা হায়রুনা ইশৈ-নোংমাইনা শৈহৌবহ পার্টি খরদি তৌনদবা ওইনা চৌরক্লে। মহুগী মহুত্তা কাষ্টিং উৎপনি হায়রুনা অমমম মাইক্তা কোখোঙ্কুনা শক্তাকপা মওং অমা চথরকপস্থ য়াওংরক্লে। মসি ফরিবরা ফত্রিবরা হায়বসি চাউরবা রাহংনি। অদুগা অমনা সিনেমা অমদি ড্রামাগুম প্লে বেক্তা ইশৈ শক্লগা লীলাগী আর্টিষ্টশিংনা মচীন্থা লেঙবগুম ক্লৌনরক্লিবসিস্থ লীলাগী রস চূপ্পদা কদায়ফাও কায়নিঙাইনো হায়বগী রাফম অমস্থ লাক্লি। সিনেমা নত্রগা ড্রামাদদি ওফ-সিন্দা হায়বদি ফিজং-মরুমদা ইশৈ শক্লিবা কাঙবুশিংস্থ মশক উদনা লৈখিবনা অতুগা ভাবোকস্থ মায়কৈ অমতদা ফমখিবনা, ভাবনা অতুক খঙলবস্থ লীলা রস চূপ্পদা কয়া অকায়বা পোক্লে। অতুবু শুমাংলীলাদদি ইকোয়-কোয়শিল্লিবা ভাবোক ময়ামগী মমাংদা ইফোং ফোংনা ফল্লগা অতুম শক্লকপনিনা ইশৈগী মতাংলাকপদা আর্টিষ্টলোমদা মিৎকম থল্লস্থ তোক্লুনা অশকপরোমদা ওনশিনবা হায়বসি ময়েক্লা তাবনি। মহুদা লীথাং-শিৎনা লীলাগী রস অমা থম্মোইনুংদা ফাওরকপহ য়ৈখায়বা থোকখিহুনা কদায় ফাওবা লীলাগী মগুণ মাঙথরকপা য়াবগে হায়বসি খঙ্গনিঙাইনি।

অতুগা অরোইবদা সমাজগী ওইনা য়েংলবদা হৌজিক্কী মতমদা নুপীতগী ওইবা শুমাংলীলা কয়া অমা থোরক্লিবসি চাউরবা নৈননিংঙাইগী মচাক অমনি। আর্টকী সেবাদা নুপী নিপা খাকফম লৈতেদি হায়ববু কল্লবা পুন্সি লানফমদা চারোন-শুরোন ফাওবা চথনিংঙাই ওইবা থোংওংসিনা কদায় ফাওবা তোংজনিংঙাই ওইগদৌরি নত্রগা ওইরোইদৌরি হায়বহুগী খল অমা চুন্না ওন্থোকহৌবা চুম্মি। সমাজগী ওইনস্থ, ইশা ইশাগী ওইনস্থ, অমাঙ-অতোং মুন্না য়েংহনা চথহৌবা তাইবংমীওইবগী শোইফত্রবা লোনচংনি। হৌজিক ময়াম্না ঙাঙনরিবা—

"পঙলিতৈ ফৈজোম খোংদাই শেংলিতৈগী মতৌত্তুবু" হায়বসিগ', অহল-লমন্না হায়রম্বা। "থাইনগী লৈরাং মল্ল-মল্ল লৈনুংশি" হায়বসিগা কনানা কদায়ফাও ভোংজনিংঙাইনো হায়বতু চঙখোন্না খন্নবা চুম্মি।

লীখুন তাকপিবা—

শ্রীশোরোখাইবম ৺থম্বৌ সিংহ
শ্রীনোংমাইথেম ৺থানিল সিংহ
শ্রীলাইময়ুম বলদেব শর্ম্মা
শ্রীঙাংবম শ্যামকিশ্বর সিংহ
প্রো: অশাংবম মীনকেতন সিংহ

— — — — —

# মণিপুরী থিয়েটর

## পুন্সি অমসুং থিয়েটর ঃ

পৃথিবীগী জাৎপুম্বা মাগী মাগী কুম্মৈ লৈনৈ। কুম্মৈশিং অসি পুন্সিগী অরা-পোথোককম ওইবতা নত্ত্রা জাতি শেমগৎনবগী মচাকশু ওই। থিয়েটর হায়বসি কুম্মৈলক্তা অথোইবা অমনি। চহি চা কয়া কয়াগী মমা দগী থিয়েটরগী শক্তম শকউৎলক্লে; অদুবু যুগ যুগকী মতুংইন্না মওংদি হেক হেক হোংলকই। লমহাংদা শান্নরম্বদগী শঙ-নুংদা শান্নরক্লে, নুংশা মণ্ডালগী মচু্গো থাউমৈ শিজিন্নরক্লে। অসুম্না মওং হোংলকপগা লোয়ননা মগুণশু মথং মথং হেনগৎলক্লে। হৌজিক্কী যুগতদি থিয়েটরগী মতিক মগালসি অসুক্কী মতিক চাউগ্রে, মীবু মী ওইনবা শেমগৎপদা মচং ওইবা শেমগৎপদা অমদি জাতি অমা অয়োবা থাক য়োনা পুখৎপদা মচং ওইবা পোৎশক হায়বদু ওইরে।

পুন্সিগী অঙকপা শক্লোন অদুগা লোনচৎ সাহিত্যদা মমি তাই। পুন্সিদি অমহানি, অদুবু শকওং রাখলদি তোঙাল তোঙাল্লি। সাহিত্যসু মরুদদি অমতনি, অদুবু পুন্সি অমগা অমগা খেন্নরকপনা থোরম অমদি খুৎশিন্দা তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌরকই। পুন্সিনা ঈংলিঙৈ, তল্লিঙৈ, শৈরেং ওই; পুন্সিনা লম্ফাংলকপা, চয়েৎনরকপা মতমদা রারী ওই; পুন্সিনা খোয়শাউনরকপা, অরা-মায়োক্লরকপদা লীলা ওই। অতিয়াদা কুণ্ডলবা নোংহৌ মশেল থেঙ্গাইনরকপদা নোংথাং কুপ্লকই, অথাক-অরাউ তৌরকই। অসুম্বা নোংথাং অমদি অথাক-অরাউসিনি লীলা পোকহল্লিবা। কল্লবা নুংশিংনা অথিংবা অমা হেক মায়োক্লরকপদা হৌনা ঙংলকই, শাফু কল্লা থিংলিবা পলদু নমখায়নবা হোংনরকই। কল্লবা পল্লদুসু হনবা লৈতনা

শয়েং-পাম্বোম ডা নরকই ; মসিদনি কুম্মৈ ওইরিবা । মীওইবগী পুন্সি ইচেলনা হরাউ ইথক্কী তাম্থা খোঙলোইনরিঙৈ, তপা মেঙনা চেল্লিঙৈ লীলা থক ওইদে। ইথক্কী তাম্থাহু কায়রব্লবা শক্রোন চুমম্বা ইথকশিংহু কঙাওনরব্লবা, খঙকৌদনা পম্হিং মায়োক্নহুনা ইচেল শাফু খঙওন ওর্ল্লব্বা মতমহুদা লীলাগী শক্তম লাব্রকই। মীওইবগী পুন্সিদা অতৎ অথম লৈতনা লীলা কয়া কয়া শান্নরি। পুক্লিংলুপ্পা হোৎনব্লবহু অরেম্বদা তাবা, ৱাথল চাউনা লাংখৎলুরগা মহৈ চাদবা, থোকহন্নিংদবা অৱাবা থোক্লকপা, চান্নবা নুংশিবনা শাথিনা মীনয়্লকপা। অয়োবা লাঙ্গংদা মায় পাক্লক্কবা মনাৎ তিন্নদবদগী অকনবা চৈফু ফংলকপা অসিগুম্বা লীলাগী থৌওং কয়ানো পুন্সিদা থোক্লিবা । ময়ামশিং অসিদগী মচাক খনগৎ খনগৎলগা অইবশিংনা লীলা শেম্লকই। মহুনা কাউজন থীবা মীওইবদা হেক হেক খন্থহল্লি, মশাগী অমদি জাতিগী চাউখৎ-খোঙথাংদা শরুক য়ানবা কন্না ইনশিল্লকই। মসিনি শক্লোন নাইবা লীলাগী শক্তম অমা ওইরিবা থিয়েটরনা মীয়ামদা পীরিবা অকনবা ইথিনম্ন ।

## মণিপুরদা থিয়েটর চঙলকপা

ঐতিহাসিকশিংনা হায়, থাইনা য়াম্না কুইরবগী মমাংদা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা লম্বী-থোংগী খুদোংচাবা লৈত্রিঙৈগী মতমদা, ভারতকী অমদি অৱাং-নোংপোক্কী লমশিংগী মীনা (হায়বদি চীননচিংবগী মীনা) মণিপুর ফাওহনা চৎথোক-চৎশিন তৌনরগা ল.ন্নান ইতিক তৌনরম্মি। মসিদগী খঙই, মণিপুর অসি চীংলোন কয়ানা ইকোয় কোয়শিনবা লমদোম্পোক অমা ওইনা লৈরবমু মপানগী লমশিংগা মরী ইরৈ-লৈনদবা অমদি ওইরমদে। অহুবু ওসি কুনশুবা শতাব্দী লোইরমদাই ফাওবসিদমু মপানগী লমগা মরী থম্বদা খুদোং চাদবা

কয়া তঙনা লেংনরি। অদুনদি, থাইনা মমাংঙৈগী মতমদুদদি কয়া য়াম্নো লম্বী থোংগী মরমদা শাথিরমগদবা! অসিগুম্বা ভৌগলিক অবস্থ ফংবসিনা মপাল লমগী ঈ-নাও, ইরাং, মতম মতমদুগা ইরোয়ননা হেক ফাওজিল্লবপা ঙমদে। য়ৌদি য়ৌরকই, অদুবু থেঙথরপ তৌনা হেক হেক লাকই।

অদুবু লৈবাক অমা ওইনা, জাতি অমা ওইনা, ইতিহাসনা লম্বা ফংব্রবা মতমদগী হৌনা লাই হরাউবনচিংবা গীতি-নাট্য ওইবা মওংগী থাক বাংলদা সংস্কৃতিদি মশানা অদুম লৈজরম্মি। অদুদগী অমুক্কসু ধর্ম্মগী ইচেল তুংইন্না হিন্দুগী পুরান শাস্ত্র কয়া শকথঙনরক্লবা মতমদা, ইরেজীগী ওপেরা হাংবদুগা কাবক মান্নবা হান্নগী লাই-হরাউবনচিংবা অসিগী মথক্তা, নিংথৌরোল কয়া মথং মথং, লোকনাট্য হায়বদি যাত্রাগী মওংদা পৌরানিক লীলা কয়া অশ্বমেধ যজ্ঞ, দ্রোনপর্ব্ব সভাপর্ব্ব, বিরাটপর্ব্ব, গৌরলীলা, উদুখোল অসিনচিংবা শান্নখি। অদুগা ওপ এয়র থিয়েটরগী মওংদা কালিয়দমন, শঙ্কেনবা অসিন-চিংবসু শান্নখি।

থাইনদগী ভারতকী নাট্য হায়না লৈরক্লিবসিগা নোংচুপলোমগী ড্রামা হায়বসিগা চাউরাক্না মান্নরবসু, মান্নদবা শরুকসু লৈ। অসি-গুম্বা ভারতকী নাট্য অমদি নোংচুপলোমগী ড্রামা মশান্নসি মণিপুরদদি লৈরমদবা ওইনা তৌই। স্টেজ পানথংলগা শান্নবা নোংচুপলোমগী লীলা মশান্নসি ইংরেজশিংনা মণিপুরদা পাল্লরবা মতমদা লৈবাকসিদা চঙলকপনি।

মমাংঙৈদগী হৌনা নিংথৌরোল কয়া ইংরেজশিংগা মরী লৈনরক্লবসু, মপু হায়বদু ওইদুনা মখোয়না মণিপুরদা পাল্লবা মতম ফাওবদা, ইংরাজী খঙবা, হৈবা মণিপুরী মচা ইরৈ লৈরমদে। করি অমুক হায়গনি, ইংরেজী তম্বা মাংঙি হায়দুনা তম্বফাও তম্নরমদে। অদুনা লৈবাকী বায়েল-থৌদাদা, অমদি থৌশিল কয়াদা নিংথিনা

ফজনা শীনবা য়ানবা মণিপুর রাংমদগী হায়বদি খাইনাক্তিবগী বাংলা দেশ, ত্রিপুরা, শিলেট, কাছাড় অসিনচিংবা মফমদগী ইংরাজী নিংথিনা হৈবা মীশক বাঙ্গালী অমসুং মৈতৈমচা কয়া মণিপুরদা পুশিল্লকুনা থবক তৌহল্লম্মি।

ভারততা, নোংচুপলোমগী ড্রামা হায়রিবসি চপচাবা মওংদা ইহান হান্না কলিকাতাদা অহানবা খুন্দরবা ইংরেজীশিংনা (*Early English Settlers of Calcutta* হায়না *The Indian Stage* হায়বা হেমেন্দ্রনাথ দাশ গুপ্তনা ইবা লাইরিক্তা হায়) ইংশোক ১৭৫৬ অংরাইদা প্লে হাউস, কলকাতা থিয়েটর, চৌরঙ্গি থিয়েটর হায়বনচিংবা প্লে হাউসশিং লিংখৎকনা মখোয়গী অরা-পোথোকফম ওইনবা শান্নখি। মতুংদা ইংশোক ১৭৯৫ দা রুশ লৈবাক্কী হেরাসিম লেবেডেফ কৌবা নিপা অমনা বেঙ্গল থিয়েটর কৌবা থিয়েটর হোল অমা শাহনা ইংরাজী নাটক অনিথক বাংলা লোন্দা হন্দোকহল্লগা শান্নহনখি। মসিনা বাংলা লোন্দা শান্নবা ড্রামা ইহান হানবনি। মতুংদগীদি বাংলা লৈবাক্তা থিয়েটর পান্নরকুনা প্রসন্নকুমার ঠাকুরনচিংবা কলিকাতাগী ইনাক খুনবা কয়ানা থিয়েটর হোল শাহনা বাংলা নাটকী খুমাঙ চাওশিনবা ওইখি। অহনা ঙসি ফাওবা অকনবা শাফুদা লীলা চৎথরিবসিনি।

অমম্বা স্টেজ পানখৎলগা শান্নবা লীলা মশান্নসি, সার চুড়াচান্দ মহারাজনা মণিপুর রাংমদা লাইরিক তম্লুবা মতমদা থেংনরকপা অমদি মথক্তা পনখ্রিবা মপান্দগী লাকপা মীওইশিং অসিনা খঙলক উরকপা অহুদগী মণিপুরদা চপ চাবা শরোন তাহল্লবনি।

## মণিপুরী থিয়েটরগী লময়ানবশিং ঃ

থিয়েটরগী চপ চাবা মওংদা লীলা শান্নবা ইহান হান্না মণিপুরদা হৌদোকলম্বসি সার চুড়াচাদ মহারাজনি। পুরানা রাজবাড়ী হৌজিক্তা

রাজা চুম্ব সিংহগী ইংখোল হায়না খঙনরিবা মফমসিদা রাজা উপাধিগা লোয়ননা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা লেঙশিল্লবা মতুংদা শ্রীগোবিন্দজীগী নাট্য মন্দিরদা স্টেজ শেমদুনা 'প্রবাস মিলন' ড্রামা ইংশোক ১৯০২ দা উৎখি। লোন্দি বাংলা লোন্দা শান্নবনি। কাব্যদা তাক্লিবা রূপকশিংদু শুনা পুর্ণাঙ্গ নাটক মণিপুরদা উৎপসি মসিনা ইহান হানবনি। হায়রিবা লীলাসি মৈতৈমচা ভাক্তনা শান্নবনি। লীলা অসিদা কুমথিবা মীশকশিংদি— লালগোপাল শর্ম্মা—নন্দ; রাজকুমার চৌংলেনসনা —বসুদেব; ভগোইশাবী লোয়শঙগী ওঝা কুলবিধু—কৃষ্ণ অসিনচিংবনি। মতমদুদদি নুপীনা ড্রামা য়াওবসি চৎনরমদে। নুপীগী পার্টসু নিপানা অদুম শাবা ভাক্তনি। অদুনা হায়রিবা 'প্রবাস মিলন' হায়বা লীলাসিদা— চিংশুবম গোপালমচানা রাধিকাগী ভূমিকাদা; লালজী শর্ম্মা (লাকপনা) —যটিলা; মতম অদুগী পেটিগ্রু স্কুলগী হেড পণ্ডিত বিহারী সিংহনা - কুটিলা, অদুগা নোংমাইথেম থানিল সিংহনা— রুক্মিনীগী ভূমিকাদা কুমখি। লীলা তম্বিখিবা ওঝানা লৈহাউথাবম রেবতী শর্ম্মা, নাপম ওঝা খোংলেন অমসুং চিংভাখম জাত্তিশ্বর সিংহ অদুম অসিনি।

## অঙনবা মতমগী থিয়েটর হাউসশিং

থিয়েটরনা অহানবা মণিপুরদা চঙলকপা মতমসিদা থিয়েটর হাউস অমতা লৈরমদে। মতম মতমগী ওইনা শঙ্গোইদা, শুমাঙদা, লমহাংদা মাণ্ডব খল্লগা অদুম পংশান শান্নরম্মি। ইহান হানবা থিয়েটর হাউস হায়না অদুক কৌবা য়াবা অমতংদি, থায়না হাওবম লৈকায় কৌরম্বা, হৌজিক্কী বাবুপাড়া হায়না খঙনরবা মফমসিদা ইংশোক ১৯০৩ দা বামাচরন মুখোপাধ্যায় বান্ধবনাট্যশালা হায়না কৌবা, ইনা কুপ্তুনা মমায় নোংপোক ওন্না বামাচরন মুখর্জ্জিগী ইংখোলদা শঙ অমা শাখি। অদুদগী মতম খরা লৈরগা মতমদুগী বাঙ্গালী কর্ম্মচারী রোহিন্দ্রকুমার

শর্ম্মা বি.ই, এম.দি.এ. ( পি.ডব্লু.উ.ডি. ) না লুচিংলদুনা অতৈ বাঙ্গালী ভদ্রলোক— নারাণচন্দ্র মুখার্জ্জি, প্রিয়কুমার মুখর্জি, হেমন্তকুমার গাঙ্গুলী, যামিনিসুন্দর গুহ, বিনোদচন্দ্রসেন অসিনচিংবা ময়ামগা লোয়নবা, মতমদুগী মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট কর্ণেল সেক্সপিয়ারদা চত্তুনা স্কুল অমগা, ক্লব অমগা, কলচরেল হোল অমগ শাজগে হায়না হায়জখি। মখোয়না হায়জবদু পোলিটিকেল এজেন্টনা হরাউ হরাউ য়াবিদুনা হায়রিবা ময়ামদু শাবদা মতেং পাংবিনবা মতমদুগী ষ্টেট কর্ম্মচারীশিংগী লিস্ট অমা শেমদুনা অঙম-অঙম্ব। তেংবা হনখি। পোলিটিকেল এজেন্ট মশামক লিষ্টতুগী ইহান হানবদা লুপা ১৫০ দান তৌবগী সহি তৌবিখি। অদুদগী হেন্দাকুনা মণিপুরগী নিংথৌ মতমদুদদি রাজা উপাধিতমক বংলিবা সার চুড়াচান্দ সিংহদসু মরম্নাই ওইনা হায়জদুনা লুপা ৩০০ দান তৌহনবিখি। পোলিটিকেল এজেন্টকা মহারাজগনা পেট্রোনস্থু ওইবিখি। অসুম্না কলচরেল হোল অসিগী মমিং 'মণিপুর ফ্রেণ্ডস্ ড্রামাটিক ইউনিয়ন' হায়না থোন্দুনা ঙসি ফাওবা লেঙদনা লৈরিবসিনি। মসি অহানবদা ইনা কুপ্লম্মি, স্টেজসু লৈবাক থোঙ্গদুনা শেম্লম্মি। মমৈদা ঠিকাদার অমসুং দুকান্দার কয়াগী দাম্না টিন্না কুপখি। মসিনা মণিপুরগী ইহান হানবা থিয়েটর হাউসনি। মসি নত্তবা পার্মেনেন্ট থিয়েটর হাউস অমতা ইংখোক ১৯৩৭ কাওবদা মণিপুরদা লৈরমদে।

## শান্নখিবা লীলাশিং ঃ

হায়রিবা 'মণিপুর ফ্রেণ্ডস ড্রামাটিক ইউনিয়ন' হায়বা হোলসিদা শান্নখিবা লীলা ঙম্নমক বাংলা লোন্দা শান্নবা ঙাক্লি। লীলাদি পৌরানিক, ঐতিহাসিক্লা নম্না শান্নে। শান্নখিবা লীলাশিংদি—রিজিয়া, বঙ্গেবর্জী, পাণ্ডব-কৌরব, জয়দেব, রানীদুর্গাবতী, অনুধ্বজের হরি সাধ, সীতা, ইরানের রানী, কর্নার্জ্জুন, পৃথিরাজ সংযুক্তা, বিল্বমঙ্গল,

কেদার রায় অসিনচিংবা কংানি। লীলাশিং অসি য়াম্না ফজনা ভাবকপুম্বা পেলহনা শান্নখিবা লীলা ওাক্তনি। য়াম্না তোয়না শান্ন-বমক্তি নত্তে। কুম অমগী দুর্গাপুজা, বালিপুজানচিংবদা হেক হেক শান্নে।

## আর্টিষ্টশিং— নুপী, নুপা ঃ

হায়রিবা বাংপাড়াগী হোলসিদা শান্নবা লীলা পুন্নমক বাংলা লোন্দা শান্নরবসু মৈতৈ মচা কয়া লীলা অয়াম্বদা আর্টিষ্ট ওইনা কুমখি। মসিদা য়াওখিবা মরুওইবা মৈতৈমচাশিংদি— চিংওাখম ময়ুরধ্বজ সিংহ, রাজকুমার বীরচন্দ্র সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, হিজম ইরাবত সিংহ অমসুং ডাক্তর কীর্ত্তি সিংহনি। অদুগা মরক মরক্তা থোংঙাম কীর্ত্তি সিংহসু য়াওই।

অদুগা বাঙ্গালীশিংগী মনুংদা মপুঙ ওইনা লীলা কুমখিবা মীওকশিংদি— রোহিনীকুমার শর্ম্মা, যামিনীসুন্দর গুহ, যুগোল হরি চট্টর্জ্জি ( ময়াম্না মাবু যুগোলবাবু হায়রগা খঙনৈ ), ফনিভুষণ মুখর্জ্জি, ভবানীরঞ্জন গাঙ্গুলী, রেবতীমোহন চট্টর্জ্জি, ডাক্তর বোমকেশ, শশাঙ্কভূষন মুখর্জ্জি ( ময়াম্না পিটু কৌনৈ ) অসিনচিংবসিনি।

মসিদা পনবা য়াবা অমদি বাংলালোন্দা শান্নবা, বাঙ্গালী আর্টিষ্টশংগী মরক্তা য়াওবিবা মৈতৈমচাশিংসি পার্ট মচা মচাদা কুম্বা নত্তে। মরুওইবা পার্ট কয়াদা নিংথিনা ফজনা কুমখি। রিজিয়া শেদা চিংওাখম ময়ুরধ্বজ সিংহনা মেইন পার্ট লৌখি, বঙ্গেবর্গীদা নোংমাইথেম থানিল সিংহনা গুলাম হুসেন শাই। রানী দুর্গাবতীদা হিজম ইরাবত সিংহনা নুপীগী অথোইবা পার্ট রূপমতী শাই। অনুধ্বজের হরিসাধন্দা ডাক্তর কীর্ত্তি সিংহনা অনুধ্বজ শাই। মসি খরদংতা অতুক পনবনি অসি নত্তবা অতৈসু কয়া অমনি। মতমসিদসু নুপীনা ড্রামা কুমদবনা নিপানা নুপীগী পার্ট অতুম্মক লৌই। অয়াম্বা মতমদা ডাক্তর কীর্ত্তি সিংহনা ইশৈ অমসুং জগোইগী পার্ট লৌই।

## লীলাগী ডিরেক্টরশিং ঃ

লীলা অযাম্বা ডিরেক্টরদি যামিনীসুন্দর গুহ অমগা যুগোল কবি চট্টার্জিনা ওই। মরক মরক্তা চিংঙাখম মংরাকধ্বজ সিংহনসু ওইবা য়াওই। বিজয়া প্লে মহাক্না ডিরেক্ট তৌখি। মতুংদা রেবতীমোহন চটর্জি হায়বা ভদ্রলোক্কুসু ডিরেক্টর ওইনা তেংবাংখি।

## মণিপুরগী মফম অতৈদা শান্নখিবা ড্রামাশিং ঃ

থিয়েটর হাউস অমা পর্মেনেন্ট ওইনা লিখত্তুনা বাবুপাড়াগী মণিপুর ফ্রেণ্ডস্ ড্রামাটিক ইউনিয়ননা ড্রামা তৌযনা শানবা হৌখি হায়বা য়াতনি, মসিগা থোক্নফাউমক ওইনা লৈতৈগী খুল্লক ইরক্তসু টেম্পোরেরী হোলদা ড্রামাদ শান্নবা অহুনক হৌরকে।

ইংশোক ১৯০২ দা যাইস্কুল লোকতাও লৈনিং পেটিংস্কুলগী হেড পণ্ডিত ওইরম্বা কাঙাড় কাক্কাইগালপুরদগী লাকপা বিহারী সিংহনা বাংলা নাটক 'পাগলিনী' হায়বদু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা পুথোক্লকই। ইশৈ শক্তামখৈদি হন্দোক্কে, বাংলা লোন্দ শগেম শরই। হায়রিবা লীলাসিনা মণিপুরী ড্রামা চাওখৎলনা হোংলকপাশিংদা মতম তৌযনা শা থানবিবা শেংবা থাইবম ললিত সিংহ, মশাগী চহী ১৩/১৪ শুরকপা অতুরইদা হাবা থুংবা মাংলই অমা শারুনা যাওই। মসিনা মহাক্কী ইহান হানবা মৈজদা কুম্ব ন। লোইরিংগুম ড্রামাদসু বিহারী সিংহনা মাগী ওখানি। হায়রিবা রাকমসি ললিত সিংহ মশানা ইবম্বা "মণিপুর ড্রামা মৈহৌরেননী রাবী" হায়বদুদা তেংবনি।

মতাংসিদ মৈনলিংঙাই ওইবা অমদি মতমতুদা ড্রামাদ থরাই যাওনা কুমখিবা মণিপুরী ড্রামাগী লমজীংবিবম্বা অহল লম্মন, লাইরব কযানা মৈতৈবোনগী ড্রামা হৌবকপগী মতাংদা হায়রিবা 'পাগলিনী' লৌনা সদা ইশা হানবা মৈতৈলোনগী ড্রামানি শায়রসি রাক্লং য়মা

ইংগ্লিশদা লেবক্ষর বয়া তৌবিংঙ্গদা খক পনবিরমদে। 'পাগলিনী' লীলা শান্নখি হায়বসিমদি তশেংবনি হায়বসি মথক্তা পনজখিবা রফয়া লেংদ্রবনি। অদুবু হায়বিবা লীলসি করিগীদমক্তা অহানবা মৈতৈলোনগী লীলানি হায়না লৌনরক্তিবনো হায়বসি কুপশিন্না নৈনন্দা হৈশোশিং অদু মৈতৈলোন নওবা অংগী অমনা লীলাদুগী শোন্দাদু বাংলা লেন্না ৯০% ওইবা মৈতৈলোন্না ১০% তমক ওইবা লীলা ওইরম্বা তাই। অনিশুবসিগী প্রমান ওইনা হায়রবদা মণিপুরদা অসিগুম্বা মতম অমা য়াম্না শাংনা লৈবম্মি বাংলালোন্না মণিপুরদা কন্না ফুজিন্নরুনা মী অয়াম্বগী বাংলা তম্নরকপা, হৈনরকপা মতমদুদা খুল্লক ইবক্তা মৈতৈ মশেল রাবী অদুম শান্নবা ফাওবদা বাংলা-লোল য়ান্না থংলগা লেন্নবা, ফজনবা, অহৈ অশিং মানবা অমা ওইনবম্মি। মসিগী ইনিল অনিশুবা পৃথিবী লাঞ্চাও মমাং ফাওবা শাবক-শাবক অদুম লৈবম্মি হায়বদা অবানবা ওইগনি নিঙদে। প্রমান ওইনা মতমদুগী চংনবী রাইপরেং অমা অনিদং হায়রবদা— "কুলচন্দ্রনা নাটকুগী নাযিকাগী অভিনয় তৌখি।" রাইপরেংশিংদা য়েংশি না নী, দা, তৌখি, হায়বা তুংদা তন্নিবা অমন্নুং ভার্ব অসি ওঙনা অইতদি বাংলা লোল ঙাক্কনি। অদুন্না অমুক য়েংলবদা— "পুত্রস্নেহদি প্রত্যেক মাতৃহৃদয়দা সময় অসময় থাক্কনা আধার ওইদুনা লৈবনি।" রাইপরেংশিংদা বা লালোল ৬ নি, মৈতৈরোল ৩ তনি।

অসিগুম্বা মথক্তা পনখিবা সেন্টেন্সশিং অসি মৈতৈ নুপা নুপী অয়াম্বা অদুম ভাব তানৈ। কবিদগী হায়রবু তোয়না তামনখিবনা। হৌজিকমকসু মৈতৈরোল ঙাংবদা অমদি ইরকপদা অয়ামবনা অদুম থেংনরিবসিনি।

অহনা মতমহদদি হায়রিবা মৈতৈরোলগী রাইপরেং মওং অসি কন্না চংনরম্বনা 'পাগলিনী' লীলা হন্দোকপদা বাংলা লোলগী শনক্তা

শাথিনা নমখিবদগী মৈতৈরোলগী লীলা শীংদা চল্লমদ্রিবর হায়বসিমু খন্ননিংঙাইনি। মতুংগী চহি খরমু স্কুলদা, খুল্লক্তা বাংলা লোন্না লীলা শান্নবগী খুদম ফংই।

ইংশোক ১৯১০ অহুব্রাইগী জনষ্টোন স্কুলদা সরস্বতী পুজাদা বাংলা লোন্দা থিয়েটর শান্নবা হৌরকই। অদুগা মণিপুর স্টেট এডুকেশন ডিপার্টমেন্টকীমু ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল সিংহ, স্কুল সব ইন্সপেক্টর, চিংঙাখম জাতিশ্বর সিংহ, হেড পণ্ডিত, চোংথাম খম্বা সিংহ, মাষ্টর, অসিনচিংবনা লুচিংহনা ড্রামা কয়া শান্নবা হৌরক্লে। হায়রিবশিং অসিগী মধুংদা খাইরাকপম নবকিশ্বর অদুগা চোংথাম খম্বা সিংহ অনিদি অফাওবা ড্রামা আর্টিষ্টনি, অদুগা অতৈনা অফাওবা ডিরেক্টরনি। খাইরাকপম নবকিশ্বর সিংহদি খুল্লক-ইরক্তমু ড্রামা ডিরেক্ট তৌহনা মণিপুরী ড্রামা চাওখৎনবা হোৎনবা অকনবা শরুক য়াখিবা ওঝানি। মহাক ইংশোক ১৯১৮ দা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওদা কুলিকোরগী জমান্দার ওইদুনা লাল চৎপা য়াওরুই। বাংলা লোন্দা লীলা শান্ন রিঙৈদগী মৈতৈরোন্দা শান্নরক্রবা ফাওবদা লীলা কয়া ডিরেক্ট তৌই, মশামু আর্টিষ্ট ওইনা কুম্মি।

মতমহগী এডুকেশন মেম্বর শোগাইজম ইবোচাউবা সিংহগী য়ুমদা এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা 'প্রহ্লাদ চরিত', 'পুত্র পরিচয়' অসিনচিংবা লীলা কয়া বাংলা লোন্দা শান্নে। মতম মতমগী ওইনা চৈজনা অরাংগী গুরু শঙদা শেন্নগা, শুমাংনা ভাবকী ফমফম ওইদুনা শান্নখিবনি। 'প্রহ্লাদ চরিত' লীলা শান্নবদা থৌনাউজম চাউবা সিংহনা প্রহ্লাদ শাই। মতুংদা মহাক লৈবাক্কী অফাওবা নট পালাগী ওঝা অমা ওইখি। মথংদা শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা শান্নবা 'প্রহ্লাদ চরিত' লীলাদগী য়াম্বেম শশীমোহন সিংহ বি, এস, সি, ( মাবু ঙারিয়াম্বম শশীমোহন হায়না ময়াম্না খঙনৈ ) না শাখি। লীলাসি চিংঙাখম জাতিশ্বর, ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল, খাইরাকপম নবকিশ্বরনা ডিরেক্ট তৌই।

অহানবদা মখক্তা পনখিবা মওংদা এডুকেশন ডিপার্টমেন্টকী লীলাসি অতু খুল্লক্তা শান্নরম্বগী মমৈথংদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা ষ্টেজ শেমদুনা শান্নহনখে। মতাং অসিবাইদগীদি ড্রামাদা নুপী কুপ্পা হৌরে।

মসিদা মরু ওইনা পার্ট লৌখিবা মীশকশিংদি— খাইরাকপম নবকিশ্বর, চোংথাম খগ্গা, মাইবম লক্ষ্মা, থিয়াম রাধাকিশোর, হরাইবম কান্হাই, নামৈরাকপম থৌরানীশাবী, রাজকুমার স্নাতোম্বা বড় সেনাপতি, ফানজোবম ইবোতোন, য়াম্বেম শশীমোহন, কাওবম গোপাল, য়েন্দেম্বম চিংখৈ, কাংওবম মাইপাকপী দেবী, শাইরেম কন্যা দেবী, আনন্দী দেবী অসিনচিংবনি।

ফাগিগী শরুক্তা হরাইবম কান্হাই, নামৈরাকপম থৌরানীশাবী, স্নাতোম্বা বড় সেনাপতিনা মরু ওইনা শাই। শান্নখিবা লীলাশিংনা সভাপর্ব্ব, বিরাটপর্ব্ব, কংসবধ, প্রহ্লাদ চরিত, সীতার বনবাস অসিনচিংবনি।

ইংশোক ১৯১৫ দগী ১৯২৭ফাওবগী মতুংসি মণিপুরী ড্রামাগী অকনবা যুগ অমনি হায়না লৌবা য়াই। মতম অসিগী মতুংদা মৈতৈরোনগী ড্রামা শান্নবসি বাংলা নাটকতগী ট্রান্সলেসন তৌথোকপা ভাক্তনি।

ইংশোক ১৯১৮ দা থাইদেম নোংয়াই সিংহনা জোনষ্টোন স্কুলগী ওঝা ওইরিঙৈদা বাংলা নাটক 'পার্থ পরাজয়' হায়বতু মৈতৈরোনগী চপ চাবা মওংদা হন্দোক্তুনা মখাং চানা মৈতৈরোনগী ইশৈনচিংবা হাপ্তুনা মখাক্কী শঙ্গোয়দা স্টেজ শেম্লগা মশামক্তা অর্জুনগী পার্ট লৌত্তুনা শান্নখি। মসিনা মৈতৈরোনগী ড্রামা ইহান হানবনি হায়না মতমতুগী অহল-লম্মন্না লৌনৈ। শোরোখাইবম ললিত সিংহনসু মহাক্না ইরম্বা 'মণিপুরী ড্রামা মৈহৌরোনগী বারী' হায়বদা অমুম্না ইরি— 'মসিনা ( হায়বদি 'পার্থ-পরাজয়' অসিনা ) মৈতৈরোনগী ইশৈ শৈরেং চানা ড্রামাদা শকখিবা ইহান হানবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।"

মরম পুন্নমক অসি য়েংলগা হায়রিবা থাইদেম নোংয়াই সিংহনা মৈতৈরোল্দা হন্দোকপা 'পার্থ পরাজয়' হায়বসিনা মৈতৈরোনগী তন্দোং তশেংবা ইহান হানবা ড্রামানি হায়না লৌনবনি হায়বদা চিংন-নিংঙাই 'লতে।

মথংদা অ:কাইজবম অমুবী সিংহনা 'বিজয় মালতী' কৌবা ড্রামা লাইরিক অমা, বাংলা নাটক 'কণ্ঠহার' হায়বমদগী পেমদোক্লুনা পুথোককই। মসিনা সামাজিক ড্রামা শান্নবদা ইহান হানবনি। মসিদগীদি এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনস্থু বাংলা নাটক বয়া মৈতৈরোল্দা হন্দোক্লুনা শান্নখি।

অদুগা মতম অদুবাইদগী শীংথানবা য়াবা অমনা সার চুড়াচান্দ মহারাজগী জন্মতিথিদা নম্বুল মপাল মোইরাংথৌ লৈরক হ য়না খঙনরিবা মফমসিদা লৈবা মহারাজগী পোক্লফম স্না জন্মস্থানদা চহি তরামুক চহি খুদিংগী উজোম চাউনা ড্রামা উৎখি। খুল্লকী ড্রামাশিং স্নাজন্মস্থানগী পার্টি অসিনা শান্নবা লীলাশিংস্তু মযাম্মক্লা য়াগ্না খোরাংনা ঙাইনব', গোমদাবা অমা ওইখি।' মসিদস্থু পৌরানিক নাটক ঙাক্লা ওইনা য়াগ্নে। ড্রামাশিংদুদা কুমখিবা মরু ওইবা মীশকশিংদি— মো.জম তিলক, চোংথাম নিংথেমজাও (মথান্না চোংথাম ময়ুরধ্বজ হায়না খঙৈন), লাইরিকয়েংবম গৌরী রায়, লৌরেম্বম কামদেব (মহাক শিন্নচিংবা ফজনা য়েকপা হে), তখেল্লম্বম দামুদর, গুলাপ সুবেদার মেঙ্গোর, ভূতনাথ, লাইরিকয়েংবম ইবোহল, শাইরেম কন্যা দেবী অসিনচিংবনি। অদুবু নুপীগী পার্ট খরা য়াম্বা লীলাদদি নিপানা নুপী পার্ট অদুম লৌই। কাঙবু অসিদা মরু ওইনা য়াওখিবা, মণিপুরগী অফাওবা আর্টিস্ট অমসুং ডিরেক্টর চোংথাম ময়ুরধ্বজ (নিং.থমজাও) না ইফালতদা চাওখংলগা মণিপুরগী ড্রামাগী চাওখৎপা য়ারোই হায়বসি চেৎনা থাজবগা লোয়ননা করিগুম্বা হোল অমতদা যাওবা তেঁ.দনা লৈকায় খুদিং, খুন খুদিংদা চৎ-চক্লুনা

ড্রামা তম্বিবা, য়াওরকুগনা মশামক য়াওহনা মণিপুরী ড্রামা চাওখৎনবা লাক্লরকপসি মণিপুর ড্রামা জগতনা কাউবা য়াররোইদবা অমনি।

মতম অদুদা লৈকায় কয়াদা খুল কয়াদা মতম মতমগী ওইবা স্টেজ শাহনা ড্রামা শান্নবসি মশিং ফনা য়াম্মি। ইংশোক ১৯২৩-গী নবেম্বর তাং ২৫ দা নম্বোল মায়কৈগী কলা প্রেমীশিংনা তান্নহনা লীলা সমিতি কৌবা থিয়েটর কাওবু অমা লিংখৎলগা ইহান হানবা ওইনা বেঙ্গলী লোন্দা প্রহ্লাদ চরিত শান্নখি। লীলা অসি ওক্রেম ইবোমচা সিংহনা অসামদা এক্সাইজ ডিপার্টমেন্টকী থবক তৌহনা লৈরিঙৈদা, ইংশোক ১৯১১ দা যোড়হাটকী যোড়াহাট ইউনিয়ন থিয়েটর অদুগা ইংশোক ১৯১৭ তা সিলেটকী বদনচান্দসিং যাত্রাদল অসিনচিংবদা য়াওরকপদগী খওলক-হৈরকপা কয়াগা লোয়ননা ময়ুমদা হল্লকপদা তাঙ্গা চা-নহনা মহাক্না ডিরেকট তৌখি। লীলা অাসদা চওবা শিন, স্টেজগী মপোৎ, ফিক্সেৎ, থাউমৈ (গ্যাসলেমপ) অসি নচিংবা পুন্নমক সার চুরাচান্দ মহারাজনা পীবিখি। মতুংদা কাওবু আসনা, চোংথাম ময়ুরধ্বজনা ডিরেক্ট তৌহনা ওঝা মুনালগী যভাপর্ব্ব ইংশোক ১৯২৬ তা, কাঙ্গোবম ইবোতোননা ডিরেক্ট তৌহনা ইংশোক ১৯২৮ দা মেঘনাদবধ, ইংশোক ১৯২৯ দা শক্তিশেল, ইংশোক ১৯৩৩ ৩৪ দা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র দেবলা দেবী, ইংশোক ১৯৩৮-শোরোখাইবম ললিত সিংহগী অরেপ্পা মরুপ অসিনচিংবা মথং মথং শান্নখি।

ইংশোক ১৯৪৬ তা হায়রিবা লীলা সমিতি অসি নম্বোল ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়না কৌহনা লীলা কয়া অমা শান্নবা হৌরকই। ইংশোক ১৯৫৮-৫৯ দা মায়কৈসোমদা কলাবিদ্যাগী অনৌবা য়াওন অমা লাকখিবগা লোয়ননা হায়রিবা থিয়েটর অসিগী মথক্তা ইশৈ-জগোইনচিংবা লৈনবগী হিরমম হাপচিল্লহনা নম্বোল সঙ্গীত নাটক মন্দির হায়না মিঙ্গোহনা ওসি ফাওবা মতমগী য়াওনগা চুশীন্নবা লীলা কয়া

জগোই কয়া অ:রেপ্পা লৈতনা চথরি। কম্পিটিশন কয়াদসু মনা মথুম কয়া ফংই, অদুগা থিয়েটর ডান্স, মিউজিক্কী মরমদা বার্কশোপ, ষ্টডি সার্কল, কনফারেন্স কয়াসু মরক মরক্তা হেক পাংথোকই।

## মৈতৈগী ওইবা লীলা পুথোকপা

সার চুরাচান্দ মহারাজদি থিয়েটরগী কাউকম থোক্রবা পেট্রোন্নি। থিয়েটরদতা নত্তে, স্পোর্টসকী লমদসু হোকি, ফুটবল, টেনিস, ক্রিকেট, লমজেল, চেজ্ঞোং, মাংজোং অসিনচিংবা কিরম পুন্নমক্তা লমজিং মৈরা পায়বা নিংথৌনি। স্নাহাক্তক অসিদা মণিপুরগী শান্নরোইশিংবু লৈবাক অতৈনা কল্লক্লবা পোকহনখি। অহৌগীসু মথক্তা, মণিপুরী সাহিত্যবুসু তেল্লবা মতমগী মনুংদা হায়বদি অরিবা নত্তনা অনৌবা ইরৈ লৈরমদবদগী চহি খরদংতগী মনুংদা অরাংবা থাক য়ৌনবা হনবা লৈতনা হোৎনবিরম্মি। মৈতৈরোনগী হোলি ( মতমহৌ জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রশিংনা শকই ), মৈতৈরোনগী গৌরলীলা অসিনচিংবা কয়া পুথোকহনহুনা মীগী মরোল তাংদনবা ঙম্ব মথৈ হোৎনরম্মি।

মতমহুদা শান্নবা অহুগা হৌজিক ফাওবসু অহুম কাবক কাবক চথরিবা মণিপুরী ড্রামাশিংদি, কলিকাতাদা শান্নবা ড্রামা গিরিশ স্কুলগী মওং মতৌ ওাক্তি।

মতাং অসিদা গিরিশ স্কুল হায়রিবসিগী মরমদা খরদং নৈনহুনা য়েংসি। বেঙ্গলী স্টেজগী মপা হায়না খঙনরবা গিরিশ হায়বসিগী মপুঙ ফাবা মমিং গিরিশচন্দ্র ঘোষ কৌই। মহাক্না বেঙ্গলী স্টেজবু করম্না থাক্তা পুথৎলম্বগে হায়বহু- মহাক্না ইংশোক ১৯১২ গী ফেব্রুয়ারী তাং ৯ দা শিখ্রবা মতুংদা, বাংলাগী মকম অয়াম্বদা অরাবা ফোঙদোক্নখিবা মিটিংশিং অহুগা য়াইতোংখমদোংবা কয়ানা অরাংবা থাক্কী ত্রিব্যুট পীনবহু উবদা, Hemendranath Das Gupta, ( First Girish Lecturer, Calcutta University ) হায়বহুনা

ইরবা *The Indian stage (vol. iv)* দা অসুমা হায়রম্মী—

"Thus was honoured (Girish Chandra Ghose) the great poet, dramatist, and actor manager of Bengal, who by life long devotion for about 50 years had built and perfected the Bengali stage. He wanted that the theatre should not only be a place of mere amusement, but of public instruction as well, a platform for the creation of public opinion, and an institution for mass education. He succeeded in his mission, but at great personal sacrifice. For his association with women on the stage he was looked down, but he cared not. He has given the country much, the Bengali stage became a great institution and is still flourishing and Girish was its father. He deserves thus the great homage of the people of his country.

মসিদগী থওজি, বেঙ্গলী ষ্টেজদা মতমহুদা চংলিবা মওং মতৌ গিরিশ ফুংগীনি। মসি মওং মতৌহুনি মণিপুরদা অহানবা থিয়েটর ডেভলপ্‌পা মতমদা লাকখিবা।

অতুনা মতমহুদা শান্নরিবা মণিপুরী ড্রামাশিংহু মৈতৈবোনতা মওই-রগা, লাইরিক, খোন্থোক, শাথেক-শাওং আর্টনচিংবদি বাঙ্গালীগী মতৌ ওাক তম্বহু উবদা, সাব চুড়াচান্দ মহারাজগী স্না পুক্লিংদা পেন্দবা অমা পোক্লুনা মতম অহুগী এম, এস, পি, হায়বদি মণিপুর ষ্টেট পুলিশকী সুবেদার হুইদ্রোম মেঘচন্দ্র সিংহ, জমাদার ময়াংলম্বম যাত্রা সিংহ অমসুং ইন্সপেক্টর খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ অহুম্না স্নানাজ্ঞা কৌরগা, লীলাগী লাইরিব, আর্ট, খোন্থোব, যিজ্ঞেৎ-চাকচেৎ, শাথেক শাওং ওয়ু-মক মৈতৈগী অশেংবা, মীগী মতৌ তমদবা ড্রামা অমা এম, এস, পি, না শাম্নৌ হায়না স্নায়াথং তাকপিখি। মহুগী মতুং ইমা লোংমাইথেম থানিল সিংহ অমসুং চিংঙাথম ময়ুরধ্বজসিংহ অনিবুম্না স্নাকোহুংদ কৌখত্তুনা স্নায়াথংহু থওহল্লে। অহুবু মতমহুদা মৈতৈগী অশেংবা ওইবা ড্রামা লাইরিক লৈত্রি। করম তৌসিগে হায়না বানা থন্নরকপা তাঞ্জাদ। মণিপুরগী সেসন জজ ওইবম্বা মুলাইরেনমম ইবুঙোহল সিংহনা মহাক

গৌহাটিদ। লো। তন্নিন্নৈভদা ইখিবা নরসিংহনা কৌবা মৈতৈগী ঐতিহা সিক ড্রামা অমা লৈ. হান্নৈনা পুথোরকখুনা শ্রীযুৎকী শ্যামচরন্দ। কৎশিল্লরে। হায়রিবা লাইরিকসি নোংমাইথেম শ্যামাচরনসিংহ, হাওবম পীতাম্বরসিংহ অমসুং মাইবম তাম্রা সিংহ, দরবার মেম্বর অহমসিগা লোয়ননা শ্যা-মাওদা পাথবা মতুংদা। লাইরিক্ত শান্নরো হায়না স্নায়।থং তাকপি.র। লীলাসু মৈতৈগী অশেংবা ওইবা শাথেক শাওং, আর্ট. থোঙ্খোক অসিন-চিংবা ওইদ্রি ওইরে হায়রসু কুপ্না য়েংশিন্দুনা থা। অমরোম হেন্না শ্যাশঙ-গায়দা তন্নরতুংদা, শান্নবা য়ারগনি হায়ন। মহারাজদা হঙ্গতুনা ইংশোক ১৯২৫ গী এপ্রিলগী তাং ৩০ গী নুমিদাংদা শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবৃতা ষ্টেজ শেমতুনা এম, এস, পি, না উৎথি। মসিদা মরু ওইবা পার্ট লৌথিবদি —থোমজ্রাম ধনচন্দ্র সিংহনা নরসিংহ, হিজম ইরাবত সিংহনা কুমুদ, ময়াংলম্বম যাত্রা সিংহনা গম্ভীর সিংহ, নোংঙান্না গোকুলচন্দ্র শর্ম্মা, একান্ত সুবেদারনা অদা সেনাপতি অসিনচিংবনি।

মতম অদুগী লীলাদদি মফম, মতমগী য়েংনা আর্টিষ্টশিংনা ফিজেং মেক-অপ হোংদোক হোংজিন্নচিংবা তৌনরমদে। খুল্লক্কী নিংথৌমচা নর সিংহনা কাছাড়দা লৈরিঙৈদা তুম্নিঙৈগী দৃশ্য উৎপদা, আজমেরী কোয়েং য়েত্তুনা কিনার-তোপ্পা ফিজোল শেত্তুনা তুম্বা অহুম উৎলি। চহি তরেং খুম্তাক্তুনা চা থক্তনা নারক উরক্পা লোত্তুনা লৈরুরবা গোকুলশর্ম্মাসু অরা সিক্কাইনা ফাহনা পুথোরকপদা, কিন্নার মপ্পা ফিজোন শেত্তুনা তনাল-তনাল অতুম থোরকই। অদুবু নিংথিরবা পেট্রিওটিক-শোং কয়া "মৈতৈ লৈবাক ইবেম্মা, নুংশিবী ইমা মণিপুর, খুদাং পিফম তৈহনা হিক্কা হিক্না কপ্লিবা " অসিনচিংবা, অদুগা লানফম ফিরান হুমিং থরদং মুনথ্রবসু অরানা, মুল্লুগে ঐথোয় পুরক্কে থুনা, ইমা নংগী নথাদা হায়বনচিংবা য়াম্না ফজনা শকই।

হায়রিবা লীলাসি লৈবাক্কী নিংথৌনা লাঙবা থৌরাংনিনা হিরম খুদিংমক্কা য়েংবগী পেনবা নাইদবা ওাক্কা ওইখি। চান্নবমক্কী বোম,

টোপ, নোংমৈ শিজিন্নহনা, অমদি ষ্টেজগী ময়ায়দা চান্নবমক্কী সিকাই ময়াম্ কুরাজ তৌহন্দুনা উৎপহ্ অয়েংবা ভাবোকপুম্বা মিং কুপ্তনা, কাখিবা য়া উমশিনবা কাউবম্নখৈ অণ্ডকপা ওইনখি। চাউখ্রবা শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডবক্তু মীনা চিৎনা চায়নবা ঙমখিদে। মৈতৈগী ওইজবা লীলা মৈতৈগী অশেংবা আর্ট, খোম্বোক, শাথেক শাণ্ডংদা ড্রামা উৎপসি, হায়রিবা নয়সিংহ প্লে অসিনা ইহান হানবনি।

## মমাংঙৈগী ষ্টেজগী মণ্ডং, মৈ, ফিজেৎ, একটিং, ওভিয়েন্সকী ফমফম

মথক্তস্থ পনখ্রে, বাবুড়পাড়দা লৈবা মণিপুরগী ইহান হানবা পার্মেনেন্ট থিয়েটর হোল অসি হৌরকপদা লৈবাক থোনগক্তনা ষ্টেজ শেম্নম্মি। মমৈদা উপাক হা হুনা শেমখি। অতৈ খুল্লক-ইরক্তা অমদি শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা উপাক্কা নত্রগা উ-বিন্না মতম মতমগী ওইনা শেম্নগা শান্নবা ভারি। সিন্না রোলিংসিন্ ভাক্তা শিজিন্নৈ। ক্লাইং-সিন (পাং-চন্নগা ইন্থোক ইনশিন্ তৌহনা উৎপা সিন) অমতা য়াওরমদে। নাকল অনিদা পাং তিংহনা য়ুংলিবা উইংসকী ময়াম্ন থীগাংদা, উইংসকী অবাংবা অহৃগী ত-থাই শাংবা ফি মতুপ অমা তাইশিন্নগা, সিন থাদবগা মতম চপ-চপ মান্নন্না চিংখৎ-চিংথ তৌহনা দলাল মখোঙ অমুক ওইহন, উপান্বী অমুক ওইহন, উৎলিবা সিন্ অহৃগা চুননবা শেম্মি। হায়নবদি, কোন্নুংগুম্বা দলালগী সিন্ উৎপদনা উইংস অহৃস্থ দলাল মখোঙ ওইহনবা অহৃগা লম্বী, লমহাং, উমংগুম্বা সিন্ উৎপদনা উপান্বী ওইহনবা, অহৃগুম্বা মওংদা শেম্বনি। অহৃগা লীলাদা সিন্ সিন্‌গী চঙলিবা পোৎচঙশিংহ্‌, হৌজিক্কী মতমদা য়ান্না মানশিন্না, চুশিন্না, ওইবা য়াবা পোৎলম কয়া পুথোক্লনা উৎলিবা অসিগুম্না উৎপমক নত্রবস্থ দলালগী 'সিড়ি, সিংহাসন, যুবকাষ্ঠ (মীহান-শদন), ফম্নাইবশিংগী ফমফম অসিনচিংবা কয়াদি চৈকশিন্ন শেম শাহনা উৎলি। শামু, রথনচিংবা পোৎলম কয়া লীলাদা চঙবা

লৈরবস্থ লৈবাক্তা, পোলাং, শপ্থিচেনা শারগা পুখোক্নে। উম, উংলকপ মতমদনা কটিং সিন্ হায়হনা য়োলিং সিন্ অহুদা উপাস্থী থর। য়েরগা, উপাস্থীশিং অহুগী মরক-মরক্তু য়াথত্তুনা, হায়বদি হোন্দুনা উরক্তগী থোরকপা, উরক্তা চণ্ডখিবা মালহল্লি। ঝালর হায়রিবা ষ্টেজ মহু গী যুম-থক্তু, উদনবা, মথং মথং পরেং নাইনা য়াম্থরিবা ফিশাংশিংহুনু ফিগী লৈ-না মান্নবা য়েক্তুনা হাপ্লে। সিন্ মশিং য়ান্না লাওবা ওমদবনা সিন্ অহুম, য়াম্রবদা মরিতনা লীলা শান্নে।

## মৈ ( থাউমৈ )

থাউমৈদি মতমহুদা ইলেকট্রিক ফংদবনা পেট্রোমেক্স অনি অহুম, মথক্তা য়াম্থরিবা ঝালরগী মরক মরক্তা য়াম্থহনা থাল্লি। ফুট লাইটনা ষ্টেজগী মমাংদা হাফ-লেন্টন অহুম মরি পরেংশানা থান্দুনা থম্নে। অহুমক ওয়ান্না ওন্না সিনশিংহু কোনথং-কোম্থা তৌই। ভাবক্তা থাল্লিবা থাউমৈস্থ মতমচুপ্পা অহুমক ওালহন্দুনা থম্মি।

## ফিজেৎ

লীলা অয়াম্বা পৌরানিক নত্রগা ঐতিহাসিক ওইনা শান্নবনা, ফিজেত্তি অয়াম্বা কালিকাত্তাদগী চেল্লগা শিজিন্নে। নিংথৌশাবশিংগীনা টেইল য়াওবা, হায়বদি তুংলোমদা শাংনা তুমথহুনা রেশমগুম্বা অরংবা ফিনা তুবা, থবাক্তা নংগন্দা কিন্নারনচিংবনা অরং অরাক্তী কাম্ তৌবা, তরাও-তরাওবা ফুরিং কোটকুম্বা জাৎ অমা লিংলি। মথাদি চুম্নগী ফুরিং তুইনগুম্বনা থাই। খোওউপ্পা নাগ্রাস্থ ফংলগা, নাগ্রাস্থ উপ্পি, ফংদ্রগনা চুম্নগী মরী-ফাবী স্থ অহুম তোংই। মচু-মচুগী নত্রগা অরং অরাক্তী আজ-মেরী কোয়েৎ আর্টিষ্ট অয়াম্বনা শিজিন্নে। অচৌবা পার্ট লৌবশিংনা শাড়ী অরংবা মপাল্-চনবা নত্রগা মুগা ফৈজোম শেৎনৈ। নত্রগস্থ ট্রাউ-জর অঙৌবা, লুংজমগী খওদে ফ্লানেলগী খংদে, ইস্ত্রি কজনা তরগা অহুম

ংেংনবসু য়াওই। লৈ পরেংদি শিদবা য়াদবা অমা ওইনা নিংথৌ-দগী থোংঙাকপা ফাওবা মশি। চুঙাক কবোক বৈথেন্দগী লৈরগা পরেং ওইনসু শিনৈ। কর্লিং (রিং) হায়নরিবা অহাপ্পা শমসু কলিকা-তাদগী লেপ্লগা হাপ্পে। মেক অপ তৌবনা সিম্পল পাউদার নত্রগা জিঙ্ক ওক্সাইড লৈরগা সিন্দুর য়ান.শিন্দুনা শেম্মি। মুপীশিংগী খজাইদা, খুত্ত, খোঙদা, চিনথাম্দা ঙাংলপ তাহনবা পুম্নমক সিন্দুরতনা তৌই। পীশুম, গা, কোইনচিংবা য়েকপদনা, তেঙ্গালী নত্রগা মৈতাল মকুপ্তা অচাথাউ য়ানশিন্দুনা নৈরগা য়েকই। অহাপ্পা কোই শিজিন্নবা আর্টিষ্টনা নাতোন মনুংদা চপশিন্নবা য়োংশি তরা মচা অমদা লৈমন মচু শঙলগা নত্রগা রিকতগী খজিক্তুং বরগা কোই শাদুনা হাপ্পে। হে ভিক মতমগী মেক অপকী মপোৎ মচৈ পাস্টে, আইব্রো পেন্সিল, লিপস্তিক, পোমদে অসিনচিংবসি করিমত্তা ফংলমদে। থাংশাং য়ানবা তারগনা রাচেংনা শাবসু মশিজন্নৈদি হায়ববু, অয়াম্বনা পান্নবা ওইনা মিলিটরীগী থাং-শাং রায়রগা য়ান্নৈ। মিলিটরীগী ক্রোশ বেলট য়াওনা অদুম য়ান্নবসু করিমত্তা নোক্লদে, পার্টিকা চুনত্রবসু চৎনবী ওইনা খন্নৈ। অদুবু মথক্তা পনখিবা শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা শান্নখিবা 'নরসিংহ' প্লেদদি মহা-রাজমক্না শীনবনা, ফিজেৎ-লৈতেং অয়াম্বা পৈশা চঙনা লাঙহুনা ফজবা মওংদা উৎখি।

## একটিং, লোন্দা

মথক্তা পনখ্রে, মণিপুরী ড্রামাদি বাংলাদেশকী ড্রামা মতৌ লৌহুনা হৌরকপনি। অদুগা মতমদুদা ড্রামাগী লুচিংবা ওইহুনা ড্রামা তম্বি তাকপিরিবা ওঝা অয়াম্বা শিলেট, কাছাড়রোমদগী লাকপনি। বাংলাগী রাংং মতৌ তম্বনে, অদুগা ওঝাশিংনা খোইতক খোই-চ তৌনা ঙাঙ্বনে, অনি অদুনা তিন্নখিহুনা মতোন হাইনৎলপ হৌনা।

খোইতক তৌবা বাঙাং অমা, লীলাগী অচুম্বা বাঙাং ওইনা লৌনহনা চংনরম্মি। অহগা বিংসকী কারক্তী এক্টর এক্ট্রেশশিংনা স্টেজ ময়ায়দা থোক্লকপদা মশা চেপ্পা চেপ্পা পোক্লকপা, চঙখিবগী চেপ্পা চেপ্পা চঙখিবা, হায়বদি, ভাবোক্তি, তুং ওন্থোকপা যাদে হায়বা চৎনবী অমসু কল্লা তৌনরম্মি। অতুগা মতমতুগী ভাবোক্তি বীররস যাম্না পায়ে। অহুনা বীর-রসকী মতাং উৎলকপা মতমদা খোল হৌনা ঙংহনা ডাঙবা মহুগা লোয়ন লোয়ননা। ষ্টেজগী উপাক মথক্তা খোঙনা যাম্না কল্লা কল্লা থীন্দুনা এরটিং তৌরগা ভাবোক্ত পেনৈ, থাগৎনৈ, খুবাক খুনৈ। অতুনা খোঙ থীনবদা দঙ্ দঙ্ লাউনা যাম্না হৌনা মখোল থোক্লবা, স্টেজগী অথন্নবা মফম খরদা উপাক খরা তোঙানবা মওংদা থাহনা স্টেজ শেনৈ। মসি পুন্নমক ইংশোক ১৯২২ দা 'নরসিংহ' প্লে শাল্লক-পদগীদি খরা খরা হোংদোকখে।

## মতমতুগী লীলাদা ঈশৈগী মওং ঃ

মণিপুরগী ভাবোক্তি ঈশৈ-নো মাই খাগা পাম্মি। অহুনা অরাবা লুংঙাইবা, হরাউবা, মতাং অমতং লীলাদা য়ওরকপদা ঈশৈ অমা হেক্তা হাপচিল্লি। সভাপর্বদা দুশাসননা দ্রৌপদীগী মশম লাক্লনা সভা ময়ায়দা চিংশিল্লকপদা দ্রৌপদী শাবীনা থাদোকউ থাদোকউ যুবরাজ, নতৈমগী শম পায়গনু' — — —হায়বনচিংবা ঈশৈ অমা হেত্ত। শবই। সীতার বনবাসতা' লব-কুশনা রামগা লান শোক্লবা লাক্লগা, 'থঙইদা রম, নংগী নতিক নগুনবু, নুপী তারকাবু হাংলগা কল্লি হায়না ফোঙ-দোকপা' হায়না শকপা ঈশৈ অমা হেক্তা শকহল্লি। অসুম্বসি লীলা খুদিংদা কথা কয়ানি। অতুগা লীলা হেক হৌরকপদা প্রস্তাবনা হায়হনা লাইবু নত্রগা ভাবোকসু নত্রগনা নিংগোবু থুক্লগা শেহৌ ঈশৈ অমসু শকে।

মহাক্কদা শরুবা ঙশৈ মওংদি,—

"পীক্লা মগুন চাউরবী মণিপুর

অকনবা নিংথৌনা চৌক্লা ভাম্ফোইবী

সিঃ ৰিঃ ইঃ উপাধি লৈতেংবা

শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ বাহাদুর — — অসিনচিংবা।

অদুগা থরনা মৈতৈরোননী মহুৎ ছিন্দাদা শকপন্থু য়াওনৈ, মহৈদি—

"যুগজীয় চূড়াচান্দ মহারাজ

প্রজা কমলেষু রজমুখ তেরা

দেখ খিলত মহারাজ—এ

অসিনচিংবা।

## ভাবোক্কী ফমফম ঃ

বাবুপাড়াদা লৈরিবা 'মণিপুর ফ্রেন্দস ড্রামাটিক ইউনিয়ন'গী মতম-দদা ভাবোক্কী ফম্ফম লাওবসি, স্টেজগা হেক তাইনবা মমাংগী লম খরা ফক্লেন খরা থাদুনা অত্তাংশিংগী ফম্ফম ওইহল্লি। মথংদা চৌকি পরেং অহুম-মরি থাদুনা অচৌ অশাংশিংগী শেম্মি। মতুংদা বেঞ্চ পরেং খরা থারগা অতৈ মীওইশিংগী ফম্ফম ওইহল্লি। নুপীশিংগীদমক্তা বেল-কোনি অমা শাই। নুপী নুপা পুন্না লীলা য়েংমিন্নবা চংনরমদে। অদুগা শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা অমদি খুল্লক ইরক্তা শান্নবা লীলা-শিংদি ফক্লা, দড়িনা ইপাক পাক্লা ভবিক্কী ফম্ফম থাই। মতুগী ময়ায়দা মুংনা শাংনা থৌরী অমা তিংলগা, নুপাগী ফম্ফম নুপী ফম্ফম তোঙান তোঙান্না থায়দোকই।

## মণিপুরগী থিয়েটরগী য়াওল অমা লাকপা ঃ

ইংশোক ১৯২১ অহুৰাইদগীদি বাংলা লৈবাক্কী স্টেজদম্থু শিশির স্কুল হায়বা য়াবা, অহোংবা মওং অমা লাক্লে। মতাং অসিদা শিশির স্কুল হায়বসিগী মরমদা খরদং নৈনশি।

বেঙ্গলী স্টেজদা অনৌবা রাঙাং, অনৌবা আটিষ্টনচিংবা পুথোক্লক্লিবা শিশির হায়বসিগী মপুঙ ফাবা মমিং শিশির ভাদুরী কৌই। মহাক্কী মরমদা মথক্তা পনখিবা অইবা, হেমেন্দ্রনাথ দাশগুপ্তনা, মাগী *The Indian Stage* হায়বা লাইরিকদা অস্নুমা ইরি —

"Mr. Sisir Bhaduri, as we have seen, was the leading actor of the University Institute which was keeping tastes of the people for theatre alive. His recitation was interesting and voice attractive. As professor of the Metropolitan College also, he was popular with students for his reading of dramas and poems. So when he left the College and joined the professional theatre, there was great sensation amongst the educated people, especially the students."

মসিদগী থঙলে, কলেজ প্রোফেসার অমা ওইরম্বা মহাক্না থিয়েটরগী অনৌবা যুগ অমা পুথোক্লিংবদগী থিয়েটরলোমদা ম'য় ওনশিনখি। মহাক্না ইশান হানবা ওইনা ইংশোক ১৯২১ দা আমেরিকাদা চত্তুনা বাঙ্গালী লোন্দা থিয়েটর উৎলুই। মাবু মীয়াম্না নাট্য সম্রাট হায়বা উপাধি পীখি।

হায়রিবা শিশির স্কুলগী মওং অসি মণিপুরদসু ইংশোক ১৯২৭ অহৌবাইদা লাক্লে। ইংশোক ১৯২৮ দা য়াইস্কুলদা লৈবা, চৈরাপকী মেম্বর ওইরম্বা, ধনমঞ্জুরী মহারাণীগী মোপর। ইবুঙো শ্রীভূষণ শ্যামকিশোর সিংহগী মমাং শঙ্গোয়দা স্টেজ শেম্লগা, য়াউশংগী কুম্মৈ ওইনা 'য়াইস্কুল নুপীমচা স্কুল ড্রামা পার্টি হায়দুনা পার্টি অমা শেম্লগা শরোথাইবম ললিত সিংহনা ইবা 'সতী খোংনাং' শান্নখি। মৈতৈ নিংথৌগী ফিজোন্দা কোয়েৎ-কৈয়েৎ য়েৎপা, ফম্নাইবশিংনা মাগী মাগী হৌনবী ফিজেৎ শেৎপা, লৌমী অহুগা খুঙ্গংগী মীওইশিংনা খুদৈ লৌখাও ফুরিৎ অসিনচিংবা শেৎ চাবা অহুগা মখোঙ মথুৎ লৈখোম লৈনাং তৈহন্দুনা তশেং তশেংবা শক্তম শেম্লগা লীলাসি উৎখি। 'সতি খোংনাং' লীলাসিদা হিজম অঙাংহল সিংহ কবিরত্ন, মশামক পার্ট লৌদুনা . . . ওইবা শীল

লাও । অমা ওইনা য়াওখি। মসিদা মরু ওইনা পার্ট লৌখিবা মী-শকশিং দ অয়েকপম গৌরবিধু সিংহ অঙোম বসন্তকুমার, ঙাংবম যুগোল-চন্দ্র প্রো: অশাংবম মীনকেন, ইরেংবম তিলক, লৈমপোকপম চাউবা অসিনচিংবনি। মসিগী য়াওবা পার্টতনা নীলকান্ত শর্ম্মানা কুম্মি। সতি খোংনাং লীলানা ললিতা সিংহগী ইহান হানবা লাইরিক্কি। মশামক্তা ডিরেক্ট তৌই, অহুগা এক্টর ওইনস্থ কুম্মি। হায়রিবা হোল অসিদা হিজম অঙাহল সিংহনা ইবা থবল চোংবী, নিমাই সন্যাস'স্থ নিং-থিনা শান্নখি।

## টিকেট লৌড়না লীলা শান্নবা হৌখিবা অমসুং এমঃ ডি ইউ ( মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন ):

'য়াইস্কুল ড্রামাটিক ইউনিয়ন' হায়বসিদা লীলা কয়া মায়পাক্কা উংপা ঙমখিবদগী, চিংঙাখম ময়ূরধ্বজ, হিজম ইরাবত, নোংমাইথেম থানিল, শোরোখাইবম ললিত, ঙাংবম শ্যামকিশোর অসিনচিংবনা মৈতৈগী ড্রামা ইউনিয়ন অমা লিংখৎসি হায়না ইংশোক ১৯৩০ গী এপ্রিল তাং ১৭ তা ঙাংবম শ্যামকিশোরগী য়ুমদা খন্নখি। খন্নরিবা রাকম মরক্তা ঙাংবম শ্যামকিশোর সিংহনা ড্রামাদা ভাবোক্না লাও হুনা নিংথিনা হুংঙাইবা ঙমহন্দে। অহুনা টিকেট প্লে তৌসি।" হায়না প্রস্তাব অমা তৌরকই। মহু অহানবদা মণিপুরগী মতমতুগী আর্থিক অবস্থা য়েংহুনা ময়াম্না কন্ন য়েংলে। অহুমক্তদা হায়রিবা ভদ্রলোক অসিনা শেল তাদ্রবস্থ অচঙবা শেল মথৈ ঐ পুথোক্কে, ঐ ইথস্থ ওইরবস্থ য়ে জগে হায়বফাও কন্না য়েংলক্রবদা ময়াম্মক্ত, ফরে লাই-বক য়েংলসি, বাঙ্গালী খরজং লৈবদনস্থ পার্মেনেট থিয়েটর হোল অমা থম্বা ঙম্নগা, মৈতৈ লৈবাক্তা মৈতৈমচাশিংনা ড্রামা শঙ অমতা থম্বা ঙমদবসি য়াম্না ইকাইবা বানি। অহুনা টিকেট প্লে ওইনা ড্রামা কয়া উংলগা পার্মেনেন্ট থিয়েটর হোল অমা শাবা ঙম্বা য়েংসি

হায়না লেপখি। অদুদগীদি ড্রামাদা মমিং চৎলবা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহবুসু য়াওবিনবা নেকলুরে। ময়াম্না য়ানদুনা মী তরুক্তা শাবা কমিটি অমা শেম্লে। কমিটি মেম্বরশিংদুগী মনুংদা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ নত্তনা অতৈদি য় ইস্কুলদগী ও ক্তনি। কনসটিট্যুসন অদুগা মেমোরেণ্ডম শেম্লকপা মতমদা য়াইস্কুল দুপীমচা স্কুল ড্রামা পার্টি হায়না পার্টিসিগী মমিং থোল্লবদি, ঐদি য়াইস্কুলদা লৈবগ্ন নত্তনা, ঐশাক য়াওজবা ও.স্মাই হায়না ধনচন্দ্রনা হায়রক্লে। রাফমসি চুস্ম মতুংদসু অকায়বা লাক্কনি হায়না খন্নদুনা "মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন" হায়না থোনখি। শরোখাইবম ললিত সিংহনা মণিপুরী সমাজিক ড্রামা অরেপ্পা মরুপ হায়বা অমা অমুক ইদুনা ইংশোক ১৯৩১ গী মার্চ তাং ১৫ দা ওাংবম শ্যামকিশোরগী মমাং শঙ্গেয়দা ষ্টেজ শেম্লগা শুমাংনা ভাবোক্কী ফমফম ওইহন্দুনা মণিপুরী ড্রামাদা টীকেট লৌবা প্লে ইহান হানবা ওইনা উংখি। লীলাসিদা অংগোম দরেন্দ্র সিংহনা সিন অনিথক পাংখিখি। অদুগা ওাংবম শ্যামকিশোর সিংহনা মাগী মচা নিমাই সিংহগা লোয়ননা মতমদুদা মৈতৈ মচানা চুপ্পুনা খোংবদা মাংই হায়দুনা কনামত্তা খোংনরমদবা, নোংচুপলোমগী যন্ত্র ক্লারিয়োনেট, কোর্নেট অসিনচিংবা খোংদুনা কনসর্ট অমদি ঈশৈদা ফজবা হেনগৎহন্দুনা মণিপুরী ড্রামাগী মগুণ য়াম্না হেনগংহনখি। অদুম্না মথক্তা পনাপ্রবা ভদ্রলোক ওাংবম শ্যামকিশোর সিংহনা অথাবা লিংজেননা সঙ্গীতবু থোগল তৌজহনা মণিপুরগী লম্বা অমা ফাৎলহসি কাউনিংওাই লৈত্রবা থোদোক্নি। মাগী মচা ইবুংঙো নিমাই সিংহ হায়রিবসিসু মণিপুরী মচাগী ইহান হানবা মৈতৈরোলগী ঈশৈ ডিস্ক রেকোর্ডিং তৌদুনা শকখিবা, নহা ওইনা মণিপুর রাংমা লম্না ফাওখিবা আর্টিস অমনি।

অসুম্না টীকেট লৌদুনা ড্রামা উৎপসি মহারাণী ধনমঞ্জুরী দেবীনা ড্রামাদা টিকেট লৌদুনা শান্নবদি থিংদে, অদুম্নদি ওইরগা ইপাম

যুম্মকুন্দ। টিকেট লৌদুনা লীলা তৌবসিদি লৈবাক্লা করি হায়খিগনি, ঐ কয়া পামদে হায়না শোনবা তাবদগী, চিংখাম ময়ুরধ্বজ সিংহগী ইংখোল চিথেক্লা পুখ্রি মথক্তা ফোপ হাদুনা হিজম ইরাবত সিংহ নচিংবা ময়াম্না থৈজ শাহনা মমাং শঙ্গোয়গা শন্নহল্লগা শঙ্গোয়দা ভাবক্কী ফম্ফম ওইহন্দুন ইংশোক ১৯৩২ দগী ইংশোক ১৯৩৬ ফাওবা মৈতৈ ড্রামাটীক ইউনয়ন হায়না অহুম মমিং থোন্দুনা লীলা কয়া মথং মৎং উংখি। মফম অসিদা ইহান হান্না উৎখিবা লীলাদি প্রোঃ অশাংবম মিনকেতন সি হনা ইবা ভাগ্যচন্দ্রনি। মতুংদা ময়াম্না অমুক খন্নবদা 'মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন' কৌবসি স্কোপ খরা পীকই, অদুনা 'মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন' হায়না মমিং ওল্লসি হায়বদা য়ানদুনা হায়রিবা মমিংসি থোনখি। ইংশোক ১৯৩৭ তা হৌজিক লৈরিবা হোলসি শাবা লোইরদুনা মফম অসিদা হোংজিল্লকখি।

অদুম্না এম ডি, ইউ, হায়না ময়াম্না খঙনরিবা "মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসি মণিপুরীশিংগী ইহান হানবা পার্মেনেণ্ট থিয়েটর হোল অমা ওইনা লিংখৎখিবদগী মণিপুরী থিয়েটরগী চপ চাবা মওং অমা তাবা হৌখি। ড্রামাদা মফম, মতম, অদুগা মীওই মীওইগী চপ চাবা মওং শেমদুনা, রাঙাং-শাঙাংদা, ফিজেত্তা মণিপুরী সংস্কৃতিগা চুনবা, মণিপুরীতগী ওইবা রাখলগী অশেংবা মশক উংপা হৌরকই।

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না চিংঙাখম ময়ুরধ্বজগীদা লৈরিভৈদগী হৌরদুনা অনিস্থবা পৃথিবী লাঞ্জাও মমাংফাওবদা শান্নখিবা লীলাশিং খরদি ভাগ্যচন্দ্র, কর্নার্জুন, দেবলা দেবী, বিলবমঙ্গল, সাবিত্রি, সীতা অসিনচিংবনি। মতুদা মরু ওইনা পার্ট লৌখিবা মীশকশিংনা চিং-ঙাখম ময়ুরধ্বজ, নোংমাইথেম থানিল, শোরোখাইবম ললিত, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র, শোগাইজম তোম্বা, অয়েকপম গৌরবিধু, ঙাংবম যুগোলচন্দ্র, যাহমনি ডি, এস, পি, নীলকান্ত শর্মা, তোম্বীস্না, অয়েকপম শ্যাম-সুন্দর সিংহ অসিনচিংবনি।

## থাউমৈগী মণ্ডং হোংলকপা

মতাং অসিদ্বাইদা পনবদা মতিক চাবা অমনা, হান্না লীলাদা থাল্লম্বা থাউমৈ মণ্ডংতু অনৌবা মণ্ডং অমদা হোংলকপা অসিনি। চৈজগী মণ্ডংদি হান্নগী হান্নগুম অতুম চঠে। অতুগা থাউমৈদি এলেক্ট্রিক ফংদবনা পেট্রোমেক্সনচিংবা থাম্দুনা অহুম্মুক শান্নৈদি হায়ববু অহোংবা ফজবা মণ্ডং অমদি লাক্লে। থাউমৈশিংতুদা মথুম পানশিন্দুনা চিংথোক চিংশিন তৌবা য়ানবা শেন্নগা অশংবা, অঙাংবা, নাপু অসিন-চিংবা মচু কয়া ওন্থোক ওনশিন তৌতুনা লীলাবু নুংঙাইহনবা, ফজ-হনবা অতুগা এলেকট্রিক্কুম থংমম হেক মমহনবা, খংঙান হেক ঙাল-হনবা, লৌশিং অমা চিংঙাখম ময়ূরধ্বজনা পুথোক্লকুনা শিজিন্নবা হৌরে। মহাক্না শীনবা লাইট-এফেক্টকী মপান্না এম, ডি, ইউগী বিলবমঙ্গল প্লেদা নোং রা ব্রা চুবা মালহনবা, ঈশিং ইচাউ মাল-হনবা কয়ানা মতমতুগী ভাবোক্তা অঙকপা, নুংঙাইবা অমা পোকহনখি। মসি খুৎ থরদি চঙই হায়ববু, ফজবদা হৌজিক মতমগী এলেকট্রিক শিজিন্নতুনা শান্নরিবসিদগী থোইনা পংহন-হন্থদে। অনৌবা থাউমৈগী মণ্ডং অসি হৌদোক্লকপদগী এম, ডি, ইউ দতা নত্তনা অতৈ হোল-শিংদসু অতুম শিজিন্নরক্লে।

## মতম অতুৰাইদা লৌরম্বা অতুগা হৌজিকসু লৈরিবা পার্টিশিং : চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহগীদা লৈ-রিঙৈদা, ইংশোক ১৯৩৬ দা নহারোল কাঙবু থরা মণিপুর ড্রামা টীক ইউনিয়নদগী চোংথোরকুনা অনৌবা ড্রামা পার্টি অমা লিংখৎখি। মতমসিদা হিজম অঙাহল সিংহ কবি রত্নসু মানা ইবা লীলা 'ইবেম্মা' হায়বতু শান্ননি শান্নরোই, হায়না কন্না মরৈ তৌনরকপদগী মথৱাই নুংঙাইতহনা এম, ডি, ইউ, দগী তোক্লকুনা নহারোল পার্টিসিগা

থুংগম্নন', ভাংবম শ্যামকিশোর সিংহগী মমাং শঙ্গোয়গা শম্ননা পুম্ব্র মথক্তা ফেংপ হান্নুনা ষ্টেজ শেম্নগা মমাং শঙ্গোয়না ভাবোক্কী ওইহন্দুনা হোল অমা শেমখি। অনৌবা হোল অসিগী মমিং চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির হায়না থোন্দুনা মণিপুরদা মমিং চংখিবা লীলা কয়া—জয়দেব, হরিশ্চন্দ্র, কর্নার্জ্জুন, সভাপর্ব্ব, ইবেম্মা অসি নচিংবা মথং মথং শান্নখি। লীলাশিংসিদা মরু ওইনা পার্ট কুমখিবা মীশকশিংদি—হিজম অঙাংহল, কৈশাম নবদ্বীপ, অয়েকপম গৌর-বিধু, অঙোম বসন্তকুমার (শাজো), রাজকুমার মাধুর্য্যজিৎ, চোংথাম কলাইবোহল, নোংমাইথেম সুধীর, লাইশ্রম নেত্রজিৎ, খ্বাইরাকপম রনজিৎ, শমোম লুখোই অসনচিংবনি। নুপীগী পার্টনা শাইরেন কন্যা, থম্বাল অঙৌবী (অঙৌবী মতমতুদা মহাক্না ইবেম্মা প্লেদা 'ইবেম্মা শাখিবদগী ময়াম্না 'ইবেম্মা শাবী' হায়রগা খঙনৈ), অনৌবী দেবী, হেমো দেবী (বাসোক্তা নৈবাক্লা শকখনবীনি), গৌরমনিদেবী, ইবেয়াইমা দেবী, রোহিনী দেবী, ইবেতোম্বা দেবী, পুণ্যবতী দেবী আসিনচিংবীনি। হোলসিগী লীলা পুন্নমক অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা ডিরেক্ট তৌই। বাংলাগী নাটক কয়া মহাক্না মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লুনা শান্নে। মহাক মশামক লীলাপূম্বগী মকোক থংবা পার্ট (হেরো) অহু লৌই।

## এরিয়ান থিয়েটর

ইংশোক ১৯৩৫ দা থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ, হাওবম ইবোয়াইমা সিংহ অসিনচিংবনা লুচিংতুনা অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্নগী মাওবতা এরিয়ান থিয়েটর লিংখৎখি। ইহান হানবা প্লে রিজিয়া' শান্নখি। টিকেট লৌহুনা শান্নবনি। মথং লীলা কয়া শান্নরবা তুংদা, ইংশোক ১৯৪৫ দা হৌজিক নৈরিবা হোলসি

শঙ্গাহনা লীলা শান্নবা হৌখি। মণিপুরী থিয়েটরবু মুংশিনা, চাও- খৎহন্নিংবা মমিং চৎলবা আর্টিস্ট কয়ানা লীলা অয়াম্বা মায়পাক্না শান্নে। ইংশোক ১৯৬৭ তা মণিপুর সরকারনা দিল্লীদা পাঙথোকখিবা ওল ইণ্ডিয়া ড্রামা ফেস্টিবেলদা শরুক য়ারুনবা হোলসিগী মরু ওইবা আর্টিষ্ট লৈবাক্না শকখঙনববা ময়াংলম্বম বীরমঙ্গল সিংহনা ইবা 'শিজ লাইওইবী' লীলা থারুই। সংস্থান অসিবু হৌজিক কুপ্না য়েংশিনবিরিবা অহল আর্টিস্টশিংগী মথংদা হাওবম ইবোয়াইমা ময়াংলম্বম বীরমঙ্গল অনিগী মমিং পনবা য়াই। অনিমক অচাং ওইরিভৈদগী ড্রামাদা থরাই লূপ্রক্লবা লৈবাক্না শকখঙনরবা আর্টিষ্ট ওক্রি।

হোলসিগী মরু ওইবা আর্টিস্টশিংদি—থোংবম গোকুলচন্দ্র, অরাম্বম দরেন্দ্র, হাওবম ইবোতোম্বী, হাওবম ইবোয়াইমা, ময়াংলম্বম বীরমঙ্গল, কালাচান্দ, শাস্ত্রী অসিনচিংবনি। শান্নখিবা লীলাশিংনা—ভাগ্যচন্দ্র, থোইবী, নলদময়ন্তী, রিজিয়া, কালাপাহাড়, কুঞ্জমালা, থাবল্লৈ, চরাইরোংবা, শিজলাইওইবী, চিংউ খোংনাংথাবা, অসিনচিংবা কয়ানি।

## সোসাইটি থিয়েটর

ইংশোক ১৯৩৭ তা শেগালম্বীগী, আর্টিস্তা পুক্নিং লুপ্না অকল- লম্মন থরনা রিভোলুসনারী থিয়েটর কৌবা অমা লিংখৎখি। মতম খরা লৈরগা অমুক মমিংসি নেসনেল থিয়েটর হায়না ওন্থোকখি। অতুদগী অমুক মতম খর লৈরগা মমিংসি তোক্লুনা হৌজিক সো- সাইটি থিয়েটর' হায়না কৌরে। মণিপুরগী শীংথাবা য়াবা লীলা কয়া মথং মথং শান্নরকই। অতুবু লাইবক থীবদি ঙসি ফাওবা পার্টি অসিগী পার্মেনেট হোল লৈত্রি। ইংশোক ১৯৪৬ তা পার্টি অসিগী দম্বুরনা কুপ্না হোল অমা শেগালম্বীগী ইংখোল অমদা লৈরম্মি।

## মণিপুরগী শুমাং লীলা

মতম অহুদা লাইশ্রম মনাউবী সিংহনা ওইনা ইঞ্জিন অমা পীবী। অদুবু ইংশোক ১৯৫২ তদি অমুক হোল লৈতবা হায়বহ্ন ওইখি। কাওবু অসিন, মণিপুরদা তৌখিবা ড্রামা ফেষ্টিবেল কয়াদা শরুক য়াহুনা, খ্বাইদগী ফবা প্লেনচিংবগী মনা ফংখি। হৌজিক পার্টি অসিগী মরু ওইবা লুচিংবদি জি, সি, তোংব্রা (তোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহ) নি। জি সি তো ব্রানা ইবা, মতমগী হন্নক্লিবা মুংশিংকা শিংমিন্নবা অমদি নোংচুপ্লোমগী সেক্সপিয়ার, ইবসেন, জর্জ বার্নাদ শোনচিংবগী মিংয়েং অমসুং ব্রাখলগী মমি তাবা লীলা কয়া লেপ্পা নাইদনা শান্নরি। সমাজগী অশোনবা অমসুং অশোয়বা কয়াবু উত্তনা করেন্নহুনা ভাবোকপুম্বা নোকহন নোকহন্না খন্থনবগী মচাক পীবা লীলানা অয়াম্বনি।

হোলসিগী মরু ওইবা আর্টিষ্টশিংদি—এ, বিধু; কে, ঐইচ তোমচা; এস, তোমচা; এল, হেমচন্দ্র, পি, ঐইচ, দাউজীশর্ম্মা; পি, ঐইচ গোকুলানন্দ শর্ম্মা, আই, মঙ্গি, যোগেন্দ্র পেব্যা, ঐইচ, শরৎচন্দ্র, টি, ঐইচ তোম্বা অসিনচিংবনি।

**শান্নখিবা লীলাশিং**—সতীখোংনাং, দেবযানী, প্রফুল্লো, লমন খুম্বা, নরসিংহ, দেবলা দেবী, মনি মমৌ, ইম্ফাল থোইবী, মিষ্টর ডেম কিয়ার, চেংনি খুজাই, ভবোং থাউ, গৌরীশঙ্কর অসিনচিংবা কয়ানি।

## অতৈ ড্রামা হোলশিং

হায়রিবশিংসিগা থৌমন-নাউমন ওইনা মণিপুরগী মক্ষম কয়াদা ইম্ফাল থিয়েটর, কোসমোপোলিটান; নব নাট্য মন্দির, শিংজমৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন হায়বনচিংবা ড্রামা পার্টি কয়া লৈকায় লৈকায়দা লিংখৎনরক্লুনা থিয়েটরগী কল্লবা ইহৌ অমা মণিপুরদা লাকই।

মতমদুগী লীলাদি পুং ৫ দগী তাদনা শান্নবনা নম্মি। থরা তেল্লপ তৌরগনা প্রহসন হায়দুনা ফাগিগী লীলা মতেক অমা হাপচিন্নি। মদু উৎনবা মীমু থোওইনা নেক্লে।

## রূপমহল লিংখৎলকপা

ইংশোক ১৯৩২ দা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও মণিপুরদসু য়োৗরক্লবদা, লানগায়নবা হায়বদু ওইদুনা মণিপুরী পুন্নমক হায়ফম খঙদবা অবা-চৈনাখোল ফংখি। শাকু কন্না হৌরম্বা মণিপুরী থিয়েটরগী ইচেল চহি খরা লেপখি। অহবু মতম শাংনা থিয়েটরবু শিহনবদি ঙমখিদে। ড্রামানা থরাই ওইজবা মীওই খরা মৈত্রম বীর, হবাইবম নীলমনি, লাইশ্রম নেত্রজিৎ, হিদংময়ুম নূতনচন্দ্র, অায়কপম শ্যামসুন্দর অসিনচিংবা খরনা লানগায়নবগী বারবা তাল্লক্লদা কন্না হোৎনদুনা ইংশোক ১৯৪৩ গী ডিসেম্বর তাং ২৩ দা রূপমহল কৌবা থিয়েটর হোল অসি লিংখৎখি। হায়রিবা থিয়েটর অসি ইহান হানবদা মোইরাংখোম থুম্বুথোং মনাক্তা লৈবা রাজ পুরোহিতকী চাউরবা য়ুমজাও কা মঙা অমথক্তা, মতেক খরা শমথদুনা ষ্টেজ শেম্লগা লীলা শান্নবা হৌখি। মতমদুদা রাজ পুরোহিতকী ইমুং-মনুংপুম্বা লাঙ্গেনখিবদগী হঙ্গিল্লক্লি। হায়রিবা হোলসিদা, নিংঙমদবা, বসন্ত বিমলা, হরিশ্চন্দ্র, মাইনু পেমচানচিংবা লীলা কয়া শান্নখি। অসুম্না মতম খর শান্নরক্লবা মতুংদা রাজপুরোহিতকী ইমু-মনুং অমুক হঙ্গিল্লকপগী ফিভম লাক্লনা মফমদু থাদোকপদা তাখি। হোল লৈতবনা মরম ওইদুনা মতম খর, অতৈ হোল রায়দুনা লীল তত্তনা উৎননবা লাক্লখি। থা খরা লৈরগা রাংথৈ থাঙ্গপাৎ মপান্দ লৈবা লাইময়ুম গোকুলচন্দ্র শর্ম্মাগী মাঙ্গবতা, ষ্টেজ মখৈ ইম্থোক্লুন শারগা মতম ফনা শাংনা রূপমহলগী লীলা শান্নখি।

মতাং অসিরাইদা পেরেডাইজ, প্রভাত থিয়েটর, রঙ্গশ্রী, রাজা ভুম্বু সিংহ মেমোরিয়েল হোল অসিনচিংবা থিয়েটর হোল কয়া লিংখৎনখি। অদুগা লাল মনুংদা লেপ্লুরবা এম, ডি, ইউ, এরিয়াননচিংবসু অমুক লীলা উৎপা হৌরকখি।

ইংশোক ১৯৪৩ দগী ১৯৪৮ ফাওবসি অমুক ড্রামাগী অকনবা যুগ ওইহনা লৈবায় লৈকায় খুল খুল কয়াদা থিয়েটর হোল লিংখৎনহনা লাঞ্জাওদা অরা—অনং কয়া কংলুরবা মণিপুরী মীয়ামগী মোরেল হাপকৎনবা তৌনিনবা ড্রামাগী কালাকারশিংনা হোৎনখি।

## থিয়েটরদা এম্যুজমেণ্ট টেক্স হাপকৎলকপা

লালগী মৈশা অসুম অসুম নিংথিনা নেমথরক্লবা মতমদদি এম, ডি, ইউ, এরিয়ান, রূপমহল, অদুগা মরক মরক্তা সোসাইটি থিয়েটর অমসুং রোক্সি থিয়েটর নত্তনা, অতৈ হোল অয়াম্বদি লীলা থোইনা উৎপা ওন্নরক্লে। অসুম্বা খর শোন্থরকপা তাঞ্জাসিদা, ইংশোক ১৯৪৭ তা মণিপুর সরকারনা ড্রামা য়েংবা ভাবোকশিংগী টিকেত্তা হয়াউ কুম্মৈগী খাজনা হাপকৎলক্লে। হিংজবা রানা থোক্রিবা ড্রামাদা অমুম্না খাজনা লৌবসি চুমদে হায়না থম্মহনা রূপমহলগী হরাইবম নীলমনি সিংহ, হিদংময়ুম নূতনচন্দ্র শর্ম্মা অদুগা রাজা ভুম্বু সিংহ মেমোরিয়েল হোলগী থোনাউজম ব্রজলালা সিংহ, অহুম অসিনা ড্রামাদা লৌরিবা খাজনা অসি লৌথোক্কবদি শিড্রিফাওবা চরা হেল্লগনি হায়না মতমহগী চিফ মিনিষ্টরগী বাংলা মনাক্তা সত্যাগ্রহ তৌখি। মহুগী নুমিৎ নিনি চল্লকপদা মণিপুর সরকারনা চয়োল অমগী মনুংদা নোংমদি খাজনা য়াওদনা লীলা শান্নবা য়াগনি হায়না লাউথোরক্লবদা, প্রজাগী লুচিংবা কয়ানা থেমজিন্দুনা সত্যাগ্রহ অদু লেপখি। মপুঙ ফানা কোকপিবদি নত্তবনা ময়াম্না পেল্লবদি ওইখিদে। মরম অসিমকসু ড্রামাগী নাকপাক অমা

শিথবা হায়বহু ওইখি। অহুবু কাইনথংদদি টেক্স অসি সরকারনা কুপ্পা থন্নরবা মতুংদা কোকখ্রে, অমুক লৌখিদ্রে।

## রূপমহলগী পার্মেনেন্ট হোল লৈরকপা

বৃটিশনা ভারত থাদোক্রমদাই মতমদা মণিপুরগী মতমগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিষ্টর জিমসনগী মফমদা হায়জৎনা হৌজিক থাইরম্বন্দা লৈরিবা প্লোট (ইংখোল) অসি পীনবিখি। মসিদা য়াম্না রানা রূপমহলগী আর্টিষ্টশিংনা শেল খায়নহুনা অহংগা মহাজন কয়াদগী শেল পুহুনা হোল অসি শাখি। মোইরাংখোম লোক্লাউবুংদা লৈবা রাজকুমার থম্বালম্বাগী শেল শিংবা ওমদহুনা অকনবা কেশ অমা চথনখি। মস রূপমহলগী থম্বালম্বা কেশ হায়না মতমহুদা লৈবাক মীয়ম্না খঙথরবনি। কেশ অসি চহি হরোম চুপ্পা চথরক্লবদা, থম্বালম্বা রাজকুমারনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মজা-ইবুঙোশিংগা কম্প্রোমাইজ তৌনহুনা শেন্দোই থরদং হায়রগা শেল্লেপ শুনা কোর্টকী মথাংদা শিংখি। অদুম্না য়াম্না রানা হোল শারবতুংদা, ইংশোক ১৯৪৮গী জুলাই তাং ৭ তা হৌজিক লৈরিবা থাইরম্বন্দ বাজারগী হোল অসি শঙহুনা রূপমহল হোংজিল্লকখি। ওসি ফাওবা লেপ্পা লৈতনা লীলা মখল কয়া শান্নরি। মতম মতমগী য়াহৌগা চুনবা লীলা মখল কয়া রূপমহলদা উংখি। রূপমহলগী লীলা কয়াবু মিংথেং তাবিখিবা, পেংলবা থম্মোইনা থাগৎপিরম্বা অমসুং উৎসাহ পীবিরম্বা কয়াগী মন্নুংদা—ভারত রাংমগী মমিং চৎলবা থিয়েটর ক্রিটিক ফোবিয়ান বাবার্স, ব্রহ্মদেশকী প্রাইম মিনিষ্টর উ. নু, ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরু, ভারতকী প্রেসিডেন্ট ডা, রাজেন্দ্র প্রসাদ, ডাক্তর কৈলাশনথ কাটজু, জগৎগী পৃথিবী ফাওরবা উদয়শঙকর অসিনচিংবা কয়ানি। ইংশোক ১৯৫৫ দা ভারতকী পোলিটিকেল কনফরেন্সতা রূপমহলনা

লীলা উৎলুই। চহি অসিমক্তদা দিল্লীগী ওল ইণ্ডিয়া রেডিওনা শীনবা ফোক ম্যুজিক কনফরেন্সতা রূপমহলনা শরক য়ারুই। ইংশোক ১৯৫৭ তা ভারতকী সমব ড্রামা ফেষ্টিবেলদা জি, সি, তোংব্রাগী মিস বোটল কৌবা লীলা হিন্দীলোলদা হন্দোক্লুনা হিন্দীদা শান্নরুই। অসামগী মফম কয়াদা বার্ত্তন তৌরকুনা লীলা, জগোই কয়া উৎলুই। রূপমহলগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ, মাইস্নু-পেমচা, মোইরাং থোইবী রূপমহলতদা মশীং চাদদবী হেন্না উৎল্লে। হৌজিকসু ভাবোক্লা পান্নলা মবক মবক্তা শান্নবি।

হোলসিদা শান্নখিবা লীলা য়াইথিং কোয়্, বি, এ, থিবা লৌনম, নোংদম, নুংশি লম্মন, মতৈমা থিবা, জয়দেব, হরিশচন্দ্র, সাত, শ্রীকৃষ্ণ, বোকাচাউবা, টিপু সুলতান, খোনা, ঐ মন্ত্রী ওইনি ইডালৈ, বব ইণ্টবিবিউ ভোট খোম্বা অসিনচিংবা কয়ানি।

রূপমহলগীমক্ত ওইবা আর্টিষ্টশিং : লাইশ্রম নেত্রজিৎ, মৈত্রম বীর, হওাইবম নীলমনি, অযেকপম শ্যামসুন্দর, অরিবম মোহেন্দ্র শম্ম, কাঙবম গোজেন্দ্র, নোংমাইথেম গোপাল, শরোখাইবম ব্রজলাল রাজ কুমার জীলাম্বা শ.বনশংবম নবকান্ত, ওইনাম বীরমঙ্গল, থোকচোম মনাউ. শমোম লুখোই খাইবাকপম রনজিৎ, চুংখাম রনজিৎ অসিনচিংবা অহল্লোল নহারোল আর্টিষ্ট হুফমরিনি।

## লৈবাক্কী সেবাদা মণিপুরী ড্রামানা য়াবা শরুক

অনিগুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও মমাংদদি মণিপুরগী ড্রামা অয়াম্বা পৌরানিক, ঐতিহাসিক, আদর্শবাদী ওইবা সামাজিক্তা নম্বা শান্নবনা ধর্ম্ম অমসুং মোরেলগী মায়কৈরোমদা অকনবা শাফু পীরম্মি। ইংরেজনা

পাল্লিরৈওদদি মখোয়গী শাসন্দা অকায়বা, অপনব, খুদোং থীবা থোক্কদবা মচাক য়াওবা, সাহিত্য খণ্ডদে, ড্রামা খংদে, করিমতা পুথোকপা য়ারমদে। মরম অসিমক্তসু দেশকী কান্নগদবা বুধি লৌশিং ওইগদবা লীলা কয়া নমশীন্দুনা থনম্মি। কলিকাতাদা কারাগার হায়বা প্লেহ্ পৌরানিক ওইরবসু কটেনমপোরেরী প্লে ওইবনা মতম শাংনা শান্নহনখিদে। অসুম্না মীথা পোনবা লৈবাক্লা ফংবা হৌনবা থনুংদা ওমথুনা থম্বা মৈচাক্ক ড্রামাদসু ফংদবা নত্তে। অদুবু অনিশুবা লাপ্পাও মতুংদগীদি লালগী মৈশানা য়ৈবদা, মীপুম খুদিংগী থাখল, থম্মোই ফমজিল্লম্বহ্ শোদোকখিহনা তশেংবা অরংবা মঙাল শকউনখি। অদুনা মণিপুরগী থিয়েটর গ্রপ বখানা অকি-অখং লৈতনা স্বদেশ প্রেমগী মরমদা রাজনীতিগী মরমদা লীলা কয়া পুথোক্লুনা শান্নবা হৌখি। রূপমহলগী টিপু সুলতান, বীর টিকেন্দ্রজিৎ মোনু থাঙ্গাল, শকখণ্ডদবী অসিনচিংবা এম, ডি, ইউগী নেতাজী, জাপান লাল, আলেকজেন্দার অসিনচিংবা, এরিয়ানগী নরসিংহ, ভাগ্যচন্দ্র, পুরান মৈথাবা অসিনচিংবা লীলা কয়া কয়ানা নাকোইননা মীযামদা স্বদেশ প্রেমগী, রাজনীতিগী অকনবা ইথিন পোক ন্নবা লাক্র। অদুগা নাকল অমরোমদসু মণিপুরগী ফজরবা সংস্কৃতিবু অতৈ জাতিশিংদা মযেক লানা খণ্ডহন্নবা, এম.ডি.ইউগী কেগে লমজা, হাওরং লৈশং শাফবী অসিনচিংবা, এরিযানগী কুঞ্জমালা, হেঞ্জুনহা, অসিনচিংবা; রূপমহলগী যাইথিং কোনু, মোইরা থোইবী অসিনচিংবা লীলা কয়া অমা উত্তুনা জাতিগী ইকাই-খুম্নবা লেঙদবা থম্নবা হোৎনৈ। ই শোক ১৯৫৪ দা ভারতকী নেশনেল ড্রামা ফেস্টিবেলদা ফোক গ্রুপ্পা এম.ডি. ইউগী হাওরং লৈশং শাফবীনা ফাষ্ট প্রাইজ ফংখি। মসি মণিপুরগী কাউফম থোক্কবা লেমজনিংঙাই অমনি। সম্মান অসিমক্তা মণিপুরী থিয়েটরগী আর্ট অমসুং কলচর অসি ভারতকী অতৈ লমদগী থোইনা তাদে হায়বগী লেঙত্রবা শাক্কীনি।

অতুগা নিংশিংবা য়াবা অমনা, রূপমহলনা বীর টিকেন্দ্রজিৎ লীলা শান্নরুনা চহি খুদিংগী আগস্ট তাং ১৩ বু "টিকেন্দ্রজিৎ ডে" হায়না চহি তরুক তরেৎ তত্তনা পালন তৌরকপদগী, ওসিদি মণিপুর সরকারনা হায়রিবা নুমিৎ অসি, হায়বদি আগস্ট তাং ১৩ অসি উজোম চাউনা 'প্রেটিওৎস ডে' হায়না লৌহুনা পালন তৌখ্রে, পব্লিক হোলিডে ফাওবা ওইহনখ্রে। মসি পুম্নমক অসি মণিপুরী ড্রামাগী অওকপা ইথিল্লি।

অদুগা অমনা, মথক্তনা পনগ্রবা সোসাইটি থিয়েটরগী মতমগী নুংশিংকা চুশিন্নবা ড্রামা কয়া অমনা ভাবোক্তা রাথল থস্থহন্নবগী মচাক পীরিবসিস্থ অচৌবা মরৈবাক্কী সেবা অমনি।

## অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা ওইরকপা ষ্টেজগী, মৈগী, ড্রেশকী মওং ঃ

অনিশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীদি ষ্টেজ মওং ফনা য়াম্না হোংলে হায়বা য়াই। উইংসনচিংবা পুংচম-চম্বা মওংদা শেম্লে, মেক-খোৎপা তৌদ্রে। সিনশিংস্থ রোলিংসিন য়াওইদি হায়ববু ফ্লাইং-সিন্না নম্না শিজিন্নরক্লে। সিন অমগী মথংদা অমা অমুক উৎনবা হোৎনবদা, মতম শাংনা চওলম্বত্থ থোইনা তৌদ্রে। পোৎচংশিংস্থ য়ারিবমখৈ মানশিন্নবা হোৎনরক্লে।

থাউমৈ ইলেকট্রিক ফংলকনিনা ইরা-রাদনা ফজবা মওংদা সিন্‌গা চুননা উৎনরক্লে। ডিম লাইট, স্পোট লাইট, ফ্লড লাইটন-চিংবা রেগুলেটর পান্দুনা শিজিন্নবনা লীলাগী ফজবা হেনগৎহল্লে। মমাংদৈদা ভাবোক ময়াম তা-নবা লাউনা লাউনা ওাঙ্‌বত্থ হৌজিক্তি মাইক মতিক চানা পান্দুনা মায় মিংকী আর্টিতা অকায়বা থোইনা থোকহল্লে।

ড্রেশস্থ য়াম্না নেচরেল ওইবা মওংদা শেৎনরে। ড্রামানা খোঙকাপ চাওশিল্লকপগা লোয়ননা পৈশা চঙনা ড্রেশনচিংবা লাঙবদা খোইনা মিপাইনদ্রে। মেক-অপস্থ অতৈ লমগী মতৌগুম্না মতম মতমগী চৎনরিবা পোৎচৈ পুম্নমক মপান-লূমদগী চেন্দুনা য়ারিবমথৈ অওইবা শক্তম তা-নবা হোৎনরে।

শম্না হায়রবদা, হান্নদগী ফনা য়াম্না হোংলে হাযবা য়াই। লীলাগী মায়কৈদস্থ গিরিশ স্কুল, শিশির স্কুল খর খরদি লৈরি হায়ববু অয়াম্বা মোর্দনগী মওংদা চঙশিল্লক্লে। হৌজিক হৌজিকমক জগৎকী মফম পুম্নমক্তা কন্না চৎনবিবা, *Contempoıary play*, *Experimental play*, *Symbolıc play*, *Absurd play* হায়বনচিংবসি মণিপুরদস্থ অকনবা শাফুদা চথবা হৌবক্লে। কলিকাতামক্তস্থ হন্দক *Magasaysay Award* ফংখিবা শম্ভুমিত্র অহুগা বাদল সবকারনচিংবনা হায়রিবা *Modern play* শিং অসি হৌজিক হৌজিক কন্না চথনবা লাক্লরিবনি। মণিপুরদস্থ জি, সি, তোংব্রা, কান্হাইলাল, পুশ্রস্বা শামু, রতন থিয়াম, স্নাখাইবোতোম্বীনচিংবা কযানা হাযবিবা প্লেশিং অসি পুথোক্লবা অতৎ-অথম লৈতনা হোৎনরি।

মণিপুরী থিযেটরদি প্রোফেশনেল থিযেটর নত্তে, ফনা তোযনা শান্নরবস্থ এমেচরগী মওংদা লৈ। মতম ফনা মাঙহনা তোৎনবিবা শুপী আর্টিস্ট ফাওবদা মমিংতা ওইনা পৈশা পী- হায়বমঙাই। নিপাশিংদি ভোলন্টিবী সার্ভিস ঙাক্লি। শেল লগা লৈজদবনে, অপিকপা দৈবাক্তা ওইবনে, মীবমগী থিযেটবগা চাংদম্নবা য়া-নবা হেক ইনথৎপা হায়বসি য়াম্না অৱাবগী মশক্লি। হৌজিক্কী জগৎকী থিয়েটরদি, ৱাখলগী নৈনফম ওল্লকইবা সমাজগী মশক তাকফম হায়বস্থ ওইরে। অহুনা য়াম্না ৱাখল চঙখাল্লবা ড্রামাটিস্ট কয়া, হৈ শিংলবা কলাকারশিং, নিংথিনা ট্রেনিং ফংলবা নত্রগস্থ মথৱাই-লুপ্পা থিজিনহুমজিল্লবা ষ্টেজ, ড্রেশ, লাইট শাসিনচিংবগী মীশকশিং মণিপুরী

থিয়েটরগীস্থ চঙদবা য়াত্রে।

তিনজং-কাইজংবা লৈতনা পোমখৎচরক্লিবা মণিপুরী থিযেটরবু ফুগাইনা শাংহনবা হায়বসি জাতিগী তঙাইফত্রবা, তৌদবা য়াত্রবা থৌদাংনি।

লীখুন পীবিবশিং ঃ—

১। নোংমাইথেম থানিল সিংহ
২। শরোখাইবম ললিত সিংহ
৩। প্রো: কনক বন্দোপাধ্যায়: বাংলা সাহিত্যের বাহিণী
৪। ডাক্তর লাইশ্রম কীর্ত্তি সিংহ
৫। ভবানীরঞ্জন গাঙ্গুলী
৬। হেমেন্দ্রনাথ দাসগুপ্ত: ডি ইন্দিয়ান ষ্টেজ

লোইরবা

